# মনিপুরগী নুঙগী চন্তা লৈরম্বা মীশিং

## (ON ARCHAEOLOGICAL BASIS)

বি: কুলচন্দ্র শর্ম্মা

**B. ROSHAN MANUSCRIPT LIBRARY**
Brahmapur. Thangapat Mapal,
Imphal, 795 001, Manipur
**1996**




লাইরিক মমিং : মনিপুরগী নুঙগী চক্স লৈরম্বা মীশিং

অইবা : বি: কুলচন্দ্র শর্ম্মা।

অফোংবা : বি: রোশন মেনুস্ক্রিপ্ত লাইব্রেরী,
ব্রহ্মপুর, থাঙ্গাপাৎ মপাল,
ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১, মনিপুর।

ফোংবগী মতম : খৃ: ১৯৯৬, আগষ্ট।

নম্ফম : বির কম্প্যুটর প্রিণ্টীং ব্রাক্স, লম্ফেলপাৎ।

চেখুম য়েকপা : অরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা, খোংমন, ইম্ফাল।



লাইরিক্কী মমল : লুপা ৫০ (য়াঙ্খৈ) দনি।

# ৱাহৈ খরদং

শ্রীবি: কুল্লচন্দ্র শর্ম্মনা ইরিবা মনিপুরগী নুঙগী চক্তা লৈরম্বা মীশিং (আর্কিওলোজীগী ওইবা মওংদা নৈনবা) হায়বা লাইরিক মচা অসি ঐহাক ইশানা শুগাইনা পাজবে। লাইরিক অসিদা মীওইবা জ্যাতি ঐখোয়সে করম্বা মওংদা হৌদোক্লকপগে, কদাইদগী লাকপগে, করম্বা ফুরুপনো, কয়াম কুইরবনো অসিনচিংবা লীখুন খুদিংমক শুগাইনা তাকলি, ঐহাক্না আর্কিওলোজিষ্ট হায়বদি অদিবা কলচর নৈনবা অমা ওইবগী মীৎয়েংদা লাইরিক অসি তশেংনমক মীওইবা জাতিগী মৈহৌরোল নৈনবনি। শ্রীলেখক অসিনা অখাঙ কনবা অমদি চোকথবা লৈত্রবা লিংজেলগা লোইননা Research কী মচাক কয়া খোমজিল্লগা সাওথ-ইষ্ট এশিয়াগী লৈবাকশিং খুদম ওইনা Thailand, Burma, China, Indonesia অসিনচিংবা লৈবাকশিংগী মৈহৌরোলগী Culture শিংগা মনিপুরগীগা চাংদম্নদুনা শাগৎলিবা নুঙগী চকশিংনি। মখা তানা লাইরিক অসিনা Chalcolithic, Megalithic ফাওবা Cover তৌরি। অদুনা লাইরিক মচা অসিনা মনিপুরগী Culture বু পামজনা থিজিল-হুমজিনবগী থবক্তা থবাই য়াওরিরিবশিং অমদি নৌনা মহৈ-মশিং তমখৎলক্লিবা ইবুংঙো-ইবেম্মশিংদা য়াম্না কান্নবা লাইরিক অমা ওইগনি হায়না লৌজনিংই।

অরোইবা ওইনা লেখক অসিনা অৱাবা কযা খাঙদুনা মনিপুর সমাজগী অচৌবা Prehistoric period কী শরুক অমা মেনখৎপীবা অসিদা হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎচবি। লোইন-লোইননা মতুংদসু অসিগুম্বা মমল য়াম্রবা লাইরিক কযা ইবিদুনা মনিপুরগী পুক্কৈদা হেন্না চাওখৎপা পীরক্কনি হায়না আশা তৌজরি।

শ্রীনঃ কুঞ্জেশ্বরী দেবী,
আর্কিওলোজিষ্ট
মনিপুর য়ুনিভরসিটী।

# য়াওফম্ তাক্পা

| মশীঙ | হিরম | লামায় |
|---|---|---|



---

# ৱাহৌদোক

আৰ্কিওলোজী (ARCHAEOLOGY) হায়বা গ্ৰীক লোনগী আৰ্কাইওস (Archaios) হায়বা অৱিবা খঙনবসিদগী লাকপা অৰ্কি (Arche) হৌরকপা (Beginning) খঙনবা ৱাহৈসিদগী লৌরকপা ঈংগ্ৰেজী ৱাহৈ অসিগী খ্বাইগী লৌনরিবা ৱাহন্দোক্তি - অৱিবা পোৎশিংগী মতম, মফম অমসুং মীওইবগী নত্ৰগা থৱাই পানবশিংগী/পান্দবশিংগী মরমদা, মরু ওইনা হৌখ্ৰবা, লোয়খ্ৰবা অমসুং পাৱারী-পুৱারী (History) গী মতম অমদি মসিগী মমাঙগী মতমশিংগী মী-শা-উচেক, তীন, কাং, পাম্বী, পোৎলম-চৈরমনচিংবগী মওং-মতৌ, মচৎ-মনাৎনচিংবগী হিরম অমসুং মরম পুম্নমক্ত থিজিন-হুমজিনবগী থবক হায়বা অসিনি। অদুবু মীয়ামগী ওইবা ডিক্সনারীশিংদা পীরম্বা ৱাহন্দোকশিংদু মখাদা উৎচরি:-

....Archaeology, the study of human antiquities, usu, as discovered by excavation. ১

archaeology (ki-) n, study of antiquities or of prehistoric remains, ২

আৰ্কিওলোজীসি মৈতৈলোন্দা "অৱি' নৈনরোল (অৱিবা নৈনরোন)" হায়না ৱাহন্দোক পীবা য়াই। তশেংনমক হায়রবদা মসি, থোকখ্ৰবা-লোয়খ্ৰববু মতুংদা চাংয়েং তৌবা নত্ৰগা থি-হুম্বগী থবক লৌখৎপা (Post-mortem) গী মখল অমনি। হায়রিবা মহৈ-মশিংগী হিরম অসিগী মনিপুরগী লময়ানবদি ৱাহেংবম ৺য়ুমজাও সিংহ, গবেষনা শিরোমনি (Head-geared gem/diamond of research), খ্বাই শগোলবন্দ, মোইরাং ময়ুম লৈরক, ইম্ফালদা লৈবিরম্বনি। মনিপুরগী আৰ্কিওলোজীগী লময়ানবা অসিনা অৱিবা থিগৎপা অসিদা পুন্সি কথোকপীদুনা মনিপুরদা খ্বাইদগী ইহান হানবা আৰ্কিওলোজীগী ওইনা থিগৎপা অমসুং লৈ-তৌদুনা থিজিন-হুমজিনবগী থবক খৃ: ১৯৩৫ দগী হৌখিরম্মী। লৈখীদ্ৰবসিনা পায়খৎপিরম্বা হিরমসিদা অনৌবা মীরোনসিগী থৱাই য়াওবা মীওইশিংগী হুমাংমন্না মনিপুরনা অপুনবা ভারতকী সি-ক্লাস ষ্টেট অমা ওইরবা মতুংদা খৃ: ১৯৭৮ দা ষ্টেট আৰ্কিওলোজী (State Archaeology) হায়না মিংথোন্দুনা মনিপুরগী লৈঙাকলোনগী মখাদা অৱি-নৈনরোন/থিগৎলোনগী লোইশঙ, লৈঙাক্কী ওইনা লিংখৎখি। অদুবু আৰ্কিওলোজী হায়বা হিরমসিবু লৈপাকসিগী লন্নাই থৱাই য়াওজবা খর নত্তনা মীয়াম্না ঈখঙ খঙবিদবগুম তৌরি।

## মনিপুরগী নুঙগী চক্তা লৈরম্বা মীশিং

আর্কিওলোজী হায়বসি কলচর, মচৎ-মনাৎ হায়বসিগা অম্মানি। কলচর হায়বসিগী ৱাহন্দোক অসুক্কী মতীক পাক চাওখ্রে, মসিগী ঙমখৈ-পনখৈ লৈতবগুম তৌই। মালেমসিদা লৈরিবা মহৈ-মশীং পুম্নমক আর্কিওলোজীদা চঙই অমসুং মথৌ তাই। মসি পুম্নমকপু মচৎ-মনাৎনা করিগুম্বা অমগী মশক লেপ্লবা হোৎনরকপদা শীর্জিন্নে। মরম অসিনা পোৎশক অমগী মতম, মফম, মচৎ মনাৎ, লীচৎ, মশক-মতৌ লেপ্পগী মথৌ-থৌদাং অসি কলচরগীনি। লৈপাক/ মফম অমগী আর্কিওলোজি তৌগে হায়ববদি মদুগী কলচব খঙবা তাই, পাৱাবা-পুৱাবী খঙবগী মথৌ চঙই। মসিগা লোয়ননা অকোয়বদা লৈবিবা লমদমশিং অমসুং মালেমসিগী মীহৌবোন, মৈহৈবোন অমসুং থৱাই পানবা/পান্দবশিংনা তৌখিবা, তৌরকপা অমসুং তৌরিবশিং, মচৎ-মনাৎশিং খঙবগীসু মথৌ তাই। শম্না হায়ববদা আর্কিওলোজীদা মহৈ-মশীং অমসুং লৌশিং পুম্নমক চঙই।

মনিপুর হায়না খঙনরিবা ঙসিগী অপুনবা ভারতকী ষ্টেট অসি যেলহৌঙেদগীনা খৃ: ১৮৯১ ফাওবা মনীং মথা তম্বা, মতোমতা লৈঙাকচবা লৈবাক মচা অমা ওইরম্মী। চহিসিদগী খৃ: ১৯৪৭ কী আগষ্টকী তাবিক ১৫ ফাওবা বৃটিসকী মখাদা মখোয়না হাপ্লা নিংথৌনা পানবা লৈবাক মচা অমা অমুক ওইরম্মী। হায়রিবা মতমসিদগী খৃ: ১৯৪৯ গী ওক্তোবব তারিক ১৫ ফাওবা মীয়ামগী মীহুৎনা লৈঙাকপা মনিংতম্বা লৈপাক মচা অমা ওইরম্বদগী অমাং নুমিৎসিদগী অপুনবা ভারত্তা য়াওবগী মিংদা অচৌবা লৈপাকসিনা লৈ শম্লগ চিফ কমিস্নার অমগী মখাদা থম্বা য়ুনিয়ন টেরিটোরী ওইনা খৃ: ১৯৬৯ গী ডিসেম্বব ফাওবা থমখি। হায়রিবা ডিসেম্ববগী অরোয়বা নুমিৎসিদগী লেফটনেন্ট গভর্নবনা লৈঙাকপা য়ুনিয়ন টেরিটোরী ওইনা থম্লকপসিনা খৃ: ১৯৭২ গী জানুৱারী তারিক ২০ দা গভর্নব অমনা লৈঙাকপা সি-ক্লাস ষ্টেট অমা ওইনা হৌজিক ফাওবদা চথরি। অদুগা মনীং-মখা তম্বগী মিংদা খৃ: ১৯৫৭ তগী টেরিটোরিয়েল কাউন্সিল লিংখত্তুনা লৈঙাক তেংবাংহল্লকপনা খৃ: ১৯৬৩ গী জুলাই তারিক ২১ দগা অমুক টেরিটোরিয়েল এসেম্লী হায়না মমিং ওল্লগা মীয়ামগী মীহুৎ মশীঙ খর হেনগৎহল্লগা লাকপনা অমুক খৃ: ১৯৭২ গী মার্চ তারিক ২০ দগী ষ্টেট লেজিস্লেটিভ এসেম্বলী ওন্দুনা হৌজিক ফাওবদা চথরি। অপুনবা ভারত্তা তিনশিনখিবদগী মনিপুরগী মীয়ামগী মীহুৎ, তম্পাক্কী অমা অমসুং চীঙগী লমদমশিংগী অমা ইন্দিয়াগী পিপলস

রিপ্রজেন্টেটিভ পার্লয়ামেন্ট (Peoples' Representative Parliament; লোক সভা) দা খৃ: ১৯৫২ দগী অমসুং মীহুৎ অমনা ষ্টেট রিপ্রজেন্টেটিভ পার্লিয়ামেন্ট (State Representative Parliament; রাজ্যসভা) তা খৃ: ১৯৫৩ দগী ফমফম পীবিখি।

মনিপুর, পৃথিবীগী লৈমায়গী অৱাংগী লেটিচুড ডিগ্রী ২৪ মি: ৪৬ অমসুং নোংপোক্কী লোংগীচুড ডিগ্রী ৯৩ মি: ৫৪ গী অকোয়বদা স্কার কিলোমিটর ২২,৩২৭ কী লম কল্লিবা অমসুং খৃ: ১৯৯১ গী মীকোক থীবদা মীশীঙ ১৮,৩৭,১৪৯ না হিংলিবা লমদম অমনি[৪]। লমদম অসি খা-এসিয়াগী (ভারতবর্ষগী) অৱাং-নোংপোক্ত অমসুং খা-নোংপোক এসিয়াগী অৱাং-নোংচুপতা লমদম অনিমক্কী লাংদাইফমদা লৈবা লমশিংগী মরক্ত পৃথিবীগী অনিশুবা লঞ্জাও (খৃ: ১৯৪১-৪৫) গী এলাইড ফোর্স (Allied Force) কী লান্মীশিংনা মখোয় মশেল- The Little Paradise- হায়রগা খঙনবা[৫], লানফম হন্দোকখিবা এক্সীস ফোর্স (Axis Force) কী জপানীজশিংনা - Takane no-hana (A Flower on Lofty Heights) হায়না থোনবা[৬], লোর্ড ইর্বিন (Lord Irwin) না - Switzerland of India কৌবা[৭] অমসুং অপুনবা ভারতকী অহানবা প্রাইম মিনিষ্টর ৺জৱাহরলাল নেহরুনা -Jewel of India- হায়না শক্তকলম্বা[৮] মফমনি।

মনিপুর, য়েলহৌঙৈগী (Prehistoric Age) গী মতমদগীনা পাৱারী-পুৱারী মতম ফাওবদা নোংচুপকী পোৎলৈবগা নোংপোক্কী পোৎয়োনবগা উন্নফম্নি। মরমদি মহাক্কী কংলৈ ফাওদুনা চৎলিবা লম্বী চাও মেঙ ৱাং কোলো-ফেঙ (Chao Meng wang Ko-lo-feng, 712-756 A.D.) না রিপিয়ার (লমলোইবা) তৌরম্বা লম্বীসি পৃথিবীগী অনিশুবা সিল্ক রুট (Silk route[৯]) কা শম্নৈ[১০]। অদুগা মনিপুরসি য়াম্না ঙল্লিঙৈদা নোংপোক্লোমদগী খুনহোংলকপা সবরা, পুলিন্দা, নিশাদ, ভিলনচিংবা অষ্ট্রিক জাতিদগী হৌরকপশিং অমসুং অতৈ কিরাটশিংগী[১১] খুনহোংলকপদা পনফম অমসুং ফাওফম্নি। মরম অসিনা ঙলর্লিঙৈগী মতমদগী মনিপুরনা নোংপোকথোঙ অমসুং নোংচুপথোঙ অনিমক ওইরকই। হায়রিবসি মনিপুরগী আর্কিওলোজীগী মশা ঈপিগ্রাফিকেল রেকোর্ডতা খোইবু (মরিং ফুরুপ্না পানবা চীঙলোন চীংঙশাং) না নোংপোকথোঙ অমসুং হাওচোং (কবুই ফুরুপ্না পানবা চীঙশাং) না নোংচুপথোঙ হায়না ইদুনা লৈরি।

## মনিপুরগী নুঙগী চক্তা লৈরম্বা মীশিং

আর্কিওলোজীকেল মনিপুর (Archaeological Manipur) অসিনা মনিপুরগী অরিবা অমসুং ময়ায় ওইবা পাৱারী-পুৱারীগী মথৱাই হাপকদৌরিবনি। মরম অসিনা পাৱারী-পুৱারীগী হৌরকফম ওইগদৌরিবা নুঙগী চকশিংগী অফংবা ৱারোল খরসিনা অরিবা ইতিহাসকী মরাইবক লেপ্পমক ঙমদ্রবসু মোংফমদা নুঙ অমতংদি য়ুংলমগনি। মদুনা মৈতৈ লৈমা ঈমাগী লাইবুঙ ফম্বাক্তা মৈরা অমতং কংচবা ঙমগনি।

---

# ARCHAEOLOGICAL SITES IN MANIPUR




REFERENCE :

PALAEOLITHIC SITE

MESOLITHIC SITE

NEOLITHIC SITE

MEGALITHIC SITE

| | FINDS | SITES & TYPE OF MAN | AGE & DATE | ILLUSTRATION |
|---|---|---|---|---|
| | 1 | 2 | 3 | 4 |
| 1 | **Stone tools :** Such as; hand-axe, chopper, scraper, point, and Flake. | Songbu (94.60°E & 25°N.), Chandel District: Caveman. | Palaeolithic Age : Dated 20,000 B.P. | |
| 2 | **Stone tools:** Such as – Chopper, Scraper, Cliver, Burin, blade, flake, bone tools & founal remains. | Khangkhui (24.70°N & 94.40°E) Ukhrul District: Caveman. | Palaeolithic Age Dated 15,000 B.P. | |
| 3 | **Stone tools :** Such as – Sand stone shopper in context of the typology of chopper-chopping tools of south-east Asia. | Machi, Chandel Dsitrict: Hill-topman. | Palaeolithic Age : No date is awarded. | |

| | 1 | 2 | 3 | 4 |
|---|---|---|---|---|
| 4 | **Stone tools :** Such as– Chopper, scraper, notch, graver, blade, flake and split pebbles. | Nongpok Keithelmanbi, Thoubal District: Hill topman. | Palaeolithic Age : Dated 12,000 to 10,000 B.P. | |
| 5 | **Stone tools:** Such as – Proto-handaxe, Hand adze, cleaver, scraper, pointed edged ground pebble and gravers. | Tharon, (93.25° E & 24.80°N.), Tamenglong District.: Low Hill Caveman. | Haobinhian or Mesolithic Age dated to start with the advance of 12,000 B.P. | |
| 6 | **Stone tools:** Such as – Chopper, pick, scraper, split pebbles, unretouched flakes, blade, pebble strikers (with grinding facets in one case). | Nongpok Keithelmanbi, Thoubal District: Low hill-top-man. | Haobinhian or Mesolithic Age dated 6000 to 5000 B.P. | |

| | 1 | 2 | 3 | 4 |
|---|---|---|---|---|
| 7 | **Stone tool :** Such as–Triagular hoe or axe type tools : Potsherds : Cord-marked types. | Nongpok Keithelmanbi, Thoubal District: Neolithic Hill topman. | Neolithic Age : Dated 4460 ± 120 yrs. B.P. (B.S. - 523). | |
| 8 | **Stone tools:** Such as – microlith, cores, utilised quartz crystal, edge-ground perforator netsinker Pottery : Corded wares, spindle whorl of pottery, tripod wares, potsherd of corded tripod ware. | Napachik, Wangoo; Bishnupur District: Low Hilltop Neolithicman. | Neolithic Age : dated by Thermolu-ninesence : 1450 B.C. (PRL-TL-77) | |
| 9 | **Stone tools:** Such as – Trigular hoe, chisel, quadrangu-lar axe and two large grinding stone. Pottery : Circular impressions, parallel incised marks in bands, parallel & diagonal appliques & cord marks. | Phunan Hillock, Thoubal District: Low Hill-top Man. | Neolithic Age No date is awarded but apprerared more advance than Napachik Low Hill-top man. | |

| | 1 | 2 | 3 | 4 |
|---|---|---|---|---|
| 10 | **Metal tools :** Such as– Iron knife of small size, teeth of animal, clay net sinkers & charcoal peices. **Pottery :** tripod legs, a piece of glazed ware, incised, perforated and impressed wars. | Mongjam, Imphal District: Iron age Man. | Metal Age : Age of Iron, No date is awarded. | |
| 11 | **Metal impliments & tools:** Such as–Iron net sinker & the same cultural material of Mongjam. **Pottery :** such as -glazed ware decorated with floral design; criss-cross, herring bone, basketry or chevon patterned potsherds. The reconstructed pottery type includes big jar with widely opened mouth having round, flat or ∧ shaped lip forms. | Nongpok Keithelmanbi; Thoubal District: Iron- impliments equiped man. | Metal Age : Age of Iron, Same culture with the cultures of Mongjam. No date is awarded. | |

| | 1 | 2 | 3 | 4 |
|---|---|---|---|---|
| 12 | **Metal implements & tools :** such as – barbed harpoon, double barbed arrow-head, a sword : A bronze bangle outside the trench of the site. **Pottery** : such as – Pots of globular body with long or funnel shaped neck, pots with pedestal having wide opened mouth, deep bowl, small shallow bowl. One of the globular body pot is painted in wavy band on the shoulder. | Panjao Pallumching, Kakching, Thoubal District: Bow-man of double barbed arrow - head of iron. | Metal Age : Age of iron with blending of sprinkle of bronze: Not date is awarded. But the cultural materials are similar with the finding of Moirang site. | |
| 13 | **Metal impliments & tools:** Such as – Silver bangle, a wooden coffin, pieces of human bone; Pots and potsherds : Similar to the findings of Panjao Pallumching : 12 pieces of beads. Proto-handaxe, hand adze, cleaver, scraper, pointed edged ground pebble and gravers. | Moirang Bishenpur District: Bowman of double barbed iron arrow - head. | Metal Age : Age of iron blending with sprinkles of silver. Coffin is dated by C-14 (radio carbon dating ) awarded 1170 A.D. (PRL-538). | |
| 14 | **Megalithic monuments :** such as – menhirs, dolmen,(a single high stone, flat stone seats, supported by two or more stones. | i) Mao, ii) Maram iii) Purul iv) Koide v) Oinam etc., Senapati District; vi) Koupum, vii) Tharon Tamenglong District; viii) Nungbi Ukhrul District. | Metal Age: Age of Living Culture, the Megalithic cultural people. | |

# প্রিহিষ্টোরিকেল এণ্ড প্রোটো-হিষ্টোরিকেল জিওগ্রাফী ওফ মনিপুর

ক্রিটাসিঅস (Cretaceous) পেরিওড (চহি কোটি ১১০-৬০ গী মমাঙ) গী মতমদা অৱাং নোংপোক ভারতকী লমদমসিদা চীঙ শেম্বগী থৌদোক (Orogenic movement) অমা থোকখিরম্মী। মতমদুদা ঙসিগী মনিপুর অমসুং মহাক্কী অকোয়বদা লৈরিবা লমদমগী চীঙশিং -নোংপোকলোমদা ইরাৱতি তুরেল অমসুং খারোমদা আরাকান য়োমা য়ৌবা লমদমশিং, অদুগা অৱাংলোমদা হিমালয় চীঙজাওনা কোল্লিবা অমসুং নোংচুপলোমদা নোংচুপ বঙ্গ য়ৌনা কোল্লিবা লমদমশিংগী চীঙশিং অসি শেম্বা হৌরকখি। মদুগী মচং ওইবা ৱারোলদি [১২] -

During the Cretaceous period (60 to 110 m.y.) the North East India underwent orogenic movement caused by geodynamic forces. The long accumulated sediments on the floor of the Tethys were deformed as ridges and basins. This caused appearence of land on one hand and deepening of parts of Tethys on the other. The orogenic earth movements producing tectonic highlands, ridges and basins were followed by period of quiescence, prolonged erosion and deposition on an enormous scale....

অসিনি। হায়রিবা মতমসিদা মনিপুরগী চীঙশিং অমসুং অনেম্বা লৈকুৎ-লৈরাইশিংসি শেল্লকখি। অদুগা কবো তম্পাক্কী লমদমশিং অসিসু লৈশেল্লকখি। চীঙশিংগী মরক্তা লৈরিবা লৈকুৎ অসিদা চীঙশিংসিগী কায়থরকপা চীঙলৈপাকশিং, তুরেল অমসুং ঈচেল মচাশিংনা পুথরকপশিংনা অসুম অসুম পুনশিল্লক্লুনা মনিপুরগী ময়ায় ওইরিবা তম্পাক অসি শেম্বা হৌগৎলকখি। অসুম্না শেল্লকপা মনিপুর তম্পাকসি য়াম্না থেংনা হোলোসিন (Holocene) গী মতম, ঙসিদগী চহি ১২০০০ রোমগী মমাঙদা লোয়খি। মনিপুরগী লমদমসি ত্রোপিক ওফ কেন্সরগী অৱাংদা অৱাংগী ডিগ্রী ২৩.৮৩-২৫.৬৮ অমসুং নোংপোক্কী ডিগ্রী ৯৩.০৩-৯৪.৭৮ না কোনবা লমদমসিদা হৌজিক্কী ওইনা কন্দুনা লৈরি। মসিনা লৈপাক অসি মীহৌরোন্দগীনা হৌজিক্কী চকসিগী খৃ: ১৮৯১ ফাওবদা খা-

## মনিপুরগী নুঙগী চক্তা লৈরম্বা মীশিং

নোংপোক এসিয়াগী অৱাং-নোংচুপ্তা অমসুং খা এসিয়াগীনা অৱাং-নোংপোক চীদায়দা নোংপোক নোংচুপ অনিগী লংদায়-লমদায়বা লমদমশিংগী মফম অমা ওইনা লৈরকখি।

মনিপুরনা ট্রোপিক ওফ কেন্সরগী মনাক্তা লৈরুবসিনা লৈপাকসিদা ফংলিবা ঈশিং-নোংশিংকী ফিবম অসি ট্রোপিকেল ক্লাইমেটিক্কী ফিবমদা কালেন-নোংজু পাম্বাদা ময়ায় ওইরপ শারগা চোৎ-চোৎ লাউবা অমসুং নিংথম-অইং পাম্বাদা ময়ায় ওইরপ ইংনা খোঙগং খুৎকংবা ফংবা লমদম ওই। অদুবু অরিবা মতমগী ঈশিং -নোংশিংকী ফিবমদা পীরিবা ৱারোন্দি[১৩] -

কাতরনরিগী মতমদা লমদমসিগী ঈশিং-নোংশিং অসি শাংনা অমসুং শাথিনা খংহোং হোংবা ফংদে। তর্মিনেল প্লেষ্টোসিনগী মতমদতা ময়েক শেংনা হোংবগী খুদম ফংই। হন্দক্তা লৈবাক লৈহাও লৈরোন্নুংদা লৈরম্বা লৈরীক নৈনবদসু (Pollen analysis) তর্মিনেল প্লেষ্টোসিনগী মতমদা ঈশিং-নোংশিং অসি নোং-চীঙ চুদবগা লোয়ননা ঈংই (Cool and dry) হায়বা ফংলে। ঙসিদগী মমাঙ চহি ১২০০০ অমসুং ২৩০০০ গী মনুংসিদদি নোং-চীঙ চুদবগা লোয়ননা য়াম্না ঈংবা মতম ওইখি।

হায়বসিনি। অদুনা হায়রিবা মতমসিগী মতুংদগীদি ঈশিং-নোংশিংকী ফিবমসি অসুম অসুম ফগৎলক্লুনা থোইনসু শাদবা থোইনসু ঈংদবা অমসুং কা হেন্না নোংসু চুদবা লমদম অমা ওইনা চৎলক্লমগদবা মাল্লি।

মনিপুরগী উমং-ৱামং অসি ট্রোপিকেলগী চোৎ চোৎ লাউবা চহি তংখায় অমদি ঈশং শংদুনা লৈবা (Tropical moist semi-evergreen), চহি চুপ্পা পুমশং শংবা (Evergreen) অমসুং নাকেন্থা নাইবা (Moist deciduous), উ-ৱাশিংগী ওইবা উমং-ৱামংনি। হায়রিবা পাম্বী-শীঙবীশিং অসিগী মওং-মতৌসি অনৌবা মতমগী ওইরিবসিদগী পঙহোং হোংলমগদবা মান্দে। মরমদি পাম্বী-শীঙবীশিংসিদা খ্বাইদগী হেন্না অহোংবা পুহল্লক্লিবা মরমগী মচাক অসি ঈশিং নোংশিংকী ফিবম্না ওই।

## আর্কিওলোজীগী ওইবা মনিপুর

আর্কিওলোজিগী ওইবা মনিপুর অসিবু মী অয়াম্বনা ঈখঙ খঙনদে অমসুং মসিবুদি লাইনীংলোনগী ওইবা মনিপুর অমসুং লৈঙাকলোনগী ওইবা মনিপুর অনিসিবুনা মনিপুরগী মনুংগী ওইবা মীয়াম অমসুং মপানগী ওইবা মীওইশিংদা হেন্না মমিং লৈনা অমদি অপান্ননা খঙনৈ। মরমদি আর্কিওলোজীগী ওইবা মনিপুর অসিদি হায়রিবা অনিসিগী য়াম্না নৌরিবা খৃ: ১৯৩৫ গী অদুবাইদা মরূ হুনথ্রগা খৃ: ১৯৭৮দা পোকপা মচানি। অদুবু অনৌবা, হন্না থিজিন-হুমজিনবগী মিংয়েংদগী আর্কিওলোজীগী ওইবা মনিপুর অসিগী মরমদা উবা ফংলিবদি :-

### অরিবা নুঙগী চক্কী মনিপুর

অরিবা নুঙগী চক্কী মনিপুর অসিগী মপুন্সি অসি হৌজীক ফাওবগী ওইনদি ঙসিদগী চহি ২০,০০০ গী মতমদগী হৌরগা চহি ১০,০০০ ফাওবগী মতমদা লোয়। হায়রিবা মতমসিগী মীওইশিংসি মখোয়গী থুপফম অমসুং লৈফম খেন্নবগী মতুংইন্না চাওরাক্না চীঙলৈখুনমী (Hill caveman) অমসুং চীঙথক-চীংঙয়াঙ- মী (Hill top man) হায়না খায়দোকপা য়াই।

### (১) চীঙ-লৈখুন-মী

চীঙ-লৈখুন-মী অসি চাওরাক্না চাইনীজ পেকিংমেনগী চৌকৌটিয়েন্দা ময়ুম ওইবা চাইনাগী অরিবা নুঙগী চক্কী লোয়শিল্লকপা মতম তাংকক্কী সিনানথ্রোপস (sinanthropus or Pithecanthropus pekinesis[১৪]) নত্রগা চৌকৌটিয়েন-মেন (Choukoutien-man) হায়বা মীওইশিংদু নত্রগা চাইনাগী খা থংবা শরুক্ত লৈরম্বা গিগান্টোপীথেকস (Gigantopithecus[১৫]) অমসুং প্রোটো-অষ্ট্রেলোইড (Proto-Australoid) হায়না খঙনবা য়ুরোপকী ক্রো-মেগনোন (Cro-Magnan) গা মান্নবা নিয়েন্থ্রোপস (Neanthropus) নত্রগা চৌকোটিয়েন মেনগসু মান্নবা মীওই অনিসিগী য়ান্নবা মুকশন (Hybrid) ওইরম্বা য়াই।

## মনিপুরগী নুঙগী চক্তা লৈরম্বা মীশিং

হায়রিবা চীঙলৈখুন মী অসি লম্লক্তগী চিঙ্গাক লোকপা অমসুং খোম্বদগীদি হিংনবগী লানফমদা শা তানবনা হেন্না চানবা, ফংনবগী পাম্বে ওইনা শিন্নিরম্বা য়াই। মদুগী খুদমদি উখ্রুল ডিষ্ট্রিক্কী খংখুই (24. 7⁰N & 94. 40⁰ E) চীঙলৈখুন্দা লৈখুনমীশিংদুনা থাদোক্লমদুনা চৎখ্রবা/শিখ্রবদগী লৈরোন চন্দুনা লৈহৌরবা খুৎশু-খুৎলায়শিংগী মরক্তা শরুগী খুৎলায়শিং য়াওরিবা (শরু হোঙনা ফংদ্রবদি, শরুগী খুলায় শারমগনি থাজদে, শরু হোঙবা হায়বদি শা য়াম্না লৈবা হায়বদি শা তানবদা শা য়াম্না ফাবা, মসিনা তাক্লিবদি শা তানবদা মতম য়াম্না শীর্জিম্মে, শা তানবনা মরু ওইবা মথৌ ওই হায়বনি) অমসুং খুলায়শিংসিগী মরক্তা লমশন, লম ইরোইনচিংবগী শরু-শয়াঙগী লেমহৌবা ফোসিল (Fossil) পুমওন ওন্দ্রিবা ফংলিবদুনি। মখোয়গী লৈপাক হূন্নবা নত্রগা হোগায়নবা চৈগী খুৎশু (Digging stick) শীজিন্নরে হায়বসিদি মখোয়গী নুঙগী বিয়ুরিন (Burin) য়াওরিবসিনা হক্লবা, হূন্নবা খুৎলায় ওইবনিনা শাগৎলিবা ব্রাফমসিদা শৌগৎলি। মরমদি মীওইবনা শুবা-নোম্বগী ওইনা খ্বাইদগী ইহান হান্না শাখিবা খুৎলায়সি খুৎকী ওইবদা নুঙনা শাবা শীঙজঙ (Hand axe) নি, মদুনা লমজিংদুনা চৈতুপ অমসুং তৌননবা চৈ, অনিসি মথং মথং অহানবা উ-ব্রাগী খুৎশু-খুৎলায় ওইনা শাখিবনি[১৬]। অদুগা শা তানবসিনা নুপা শীনফম অমসুং লম্লক্তগী চিনজাক লোকপসিনা[১৭] নুপী শীম্থা ওইরকখি[১৮]। অদুনা শাগী শরু মরাং কায়বসিনা নুপানা মশীঙ য়াম্মী নত্রগা হেন্না শু-নোমদুনা পাল্লি হায়না হায়বা তাক্লি। অদুগা মনিপুরগী চীঙলৈখুন মীশিংসি, মনিপুরগী লমখৈ মনুংদা থবাই পান্দবদগী থবাই পানবা ওইরকখিবা অমসুং মীওই-য়োংওইবা মী (Huminid), অশিংবা মী (Homo sapiens) পোকখিবগী খুদম-চাংদম করিসু ফংদবনা মরম ওইদুনা মপান লমশিংদগী লাক্লুনা শাথুপফম লৌরবা মীওই ঙাক্তনি হায়বদুগী খুদম ওই। অদুগা চান্দেল ডিষ্ট্রিক্কী শোংবু (25⁰N & 94.6⁰E) চীঙ-লৈখুন মীগী মতমসিগী শাহোঙ-ঙাহোঙবগী, শেল-থুমগী ফিবম (Economic condition) গী মরমদা করিসু হায়বা ঙমদ্রবসু খংখুই চীঙ-লৈখুন মীগী শাহোঙ-ঙাহোঙবা মতৌসিদগী মখোয় মখোয়গী নুঙগী খুৎশু-খুৎলায়গী মখলগী মশীঙ চাংদম্লবদা খেন্নদবসিনা অরিবা নুঙগী চক্কী মতমসিদা চরা হেনবগী অব্রাবা নংলমগনি হায়বসি থাজবা ব্রাংলি। মরমদি মখোয়না চাননবগীদমক্তা মহৌশা লাইরেম্বীদগী লৌরিবা চিঙ্গাক অসি শা তানবগী শা অসিদদগী নক্তে, চীঙগী উমং-ব্রামংশিংদগী উহে-ব্রাহে, লম-উচেকশিংগী মরুম, চাবা য়াবা মহে-মরোং, মনা-মশিঙ, মরু-মরাংনচিংবশিংসুনি।

# মনিপুরগী নুংগী চক্তা লৈরম্বা মীশিং

চীঙ-লৈখুন মীশিংসিগী লাইনীং-তীন্নীংগী মরমদা থোইদোক্লা অখঙবা লৈতে। অদুবু মখোয়সিনা মফমসিদা লাক্লগা খুন্দারবা/লৈররবনিনা মালেমসিগী ওইবা মী পুম্নমক্কী চৎনরিবা ৱাখল্লোন্দা মিৎয়েং থম্বা তারবদি মখোয়গী লাইনীং লীচৎসি মখোয়গী শিংলী-নাউরীদা পুরক্লম্বা য়াই। অদুবু ৱাফম অসি মখোয়গী অশিবা মশাগী পোৎলোয়ফম ফংদুনা খুদম উত্তবনা অরেপ্পনি হায়না লৌবমক্তি চিংননীংঙাই ওইরি। মরমদি মখোয়না চীঙলৈখুনগী লৈমায়শিংদসু অয়েক-অহক্কী খুদম অমতা থম্লমদে।

মনিপুরগী চীঙলৈখুন মীশিংসি মীশিঙ য়াম্না (১০/২০) লৈরম্বা নত্রগা মীগী মীরুপ (Human herd) শেমদুনা লৈরম্বগী খুদমসু ফংবা ঙমদ্রি। হেন্না অমুক হন্না থিজিন-হুমজিনবগী মথৌ অমসুং থবক চঙলি।

## (২) চীঙথক-চীঙয়াঙ-মী

মনিপুরগী অরিবা নুংগী চক্কী চীঙথক-চীঙয়াঙগী মীশিংসি অহানবদা মনিপুরগী চীঙগী লমদা চিংবা অৱাংবা চীঙগী চীঙদোন্দা অমসুং মথংদা চীঙদুম মচাশিংগী চীঙথক্তা তাবা মীওইশিংনি। মখোয়না লৈরম্লিবা চীঙশিং অসি মনিপুরগী মশাগী ওইবা লৈমায়গী মওং-মতৌ খায়দোকপা (Topography) দা তম্পাক্কী শরুক্তা চিংবা পঙৱাং ৱাংদবা চীঙদুমশিংনি। মখোয় অসিনা অসিগুম্বা চীঙশিংদা লৈরম্লিবসি মনিপুরগী তম্পাক্কী ফিবম পাথী-কোমথী, কোমপুখোক-লৈপুখোক্লচিংবা য়াম্বা, খোঙ্গং-খুৎকংদবা লম ওইবা, চখোক-চৎশিন্দা খুদোং চাদবা অমসুং শাদানবা অমদি উমং-ৱামংদগী চিঞ্জাক থিবদা খুদোং চাবা ফংদবা অসিনচিংবা মরমশিংসিদগী ওইরম্বা য়াই। মখোয়গী লৈফমগী মওং-মতৌ খেন্নবদুনা মখোয়গী হিংনবগী থবক-থৌরমশিং খরা খেন্নরম্বা য়াই।

মনিপুরগী অরিবা চীঙথক-চীঙয়াঙগী মী অসি চাওরাক্লা অথেংবা চৌকৌটিয়েন অমসুং অথেংবা গিগান্টোথ্রোপস অনিদগী শমথরকপা প্রোটো মোঙ্গোলোইড অমসুং প্রোটো-অষ্ট্রেলোইডকী মুকশন নত্রগা খংখুই চীঙলৈখুন মীদগী মখা শমথরকপা মীওই ওইরম্বা য়াই। অদুগা ফংলিবা নুঙগী

খুৎশু-খুৎলায়শিংগী, মরু ওইনা, চান্দেল ডিষ্ট্রিক্কী মচি মরিং খুনগী চীঙথক্তগী ফংবা খা-নোংপোক এসিয়াগী য়াম্বুৎনবনা য়াননবা ওইবা খুৎলায় মখলগী চোপ্পর (A chopper of Chopper-chopping tool tradition of South-east Asia) অসিনা লমজীংলিবসিগী মরমদগী খঙলিবদি মীওই মখলসি খা-নোংপোক এসিয়াদগী মনিপুরদা চঙলকপনি হায়বসিনি।

হায়রিবা চীঙথক-চীঙয়াঙগী মীওইশিং অসিগী শেল-থুমগী ফিবম লেপ্পা ঙম্মনবা শরূ-শয়াঙ নত্রগা পাম্বী-শীঙবীগী অরেম-অতাগী খুদমগী মমি অমতা তাদে। ব্রাফমসি শ্রীকুমার সিংহনসু মহাক্কী নোংপোক কৈথেল মানবীগী চীঙদুম মচা অনিগী অইবা ব্রারোলদসু পল্লি[১৯]। অদুবু মীওইশিং অসিনা শা তানবা অমসুং লম্নক্তগী চিঞ্জাক হেকপা-খোম্বগী থবক অনিসি চাং মান্নরপ তৌনা পুরমগদ্রা হায়না খন্নবা য়াই। মরমদি মীওইশিং অসিনা হেক্তমক পোৎলম খুদিংমক মিৎনা থুনা উবা ফংবা চীঙথক-চীঙয়াঙদা পাল্লম্বসিননি। অদুবু শ্রীকুমার সিংহনদি খুৎলায়গী খুৎশা-লাকশাগী মখলদা নুঙগী পুন্নরিবা মশুংলোমদগী (Typotechnology of the lithic assemblage) শা তানবগী মায়কৈদনা হেন্না পুক্লীং চিংশিন্নবা ব্রাফম পুখৎলি[২০]। অদুগা অতোপ্পা ব্রাফম অমনা অচেনবা শাশিংদগী চেন্দবা উপাল-ব্রাপালশিংনা মনিপুরগী চীঙগী লমশিংসিদা মতম চুপ্পদা নত্রগা চহি তংখায় অমদি শংদুনতা লৈবা চীঙশিং ওইবনা উ-ব্রা; পাম্বী-শীঙবীনা হেন্না হোঙই হায়বসিমসু লৈরি। অদুবু মসিনা অরিবা নুঙগী চক্কী মীশিংসিনা শাদানববু মীরায় হায়বগী ব্রাফমদি নত্তে, অদুম খন্নাংননা চৈথে হায়বনি।

মচি চীঙথক্কী মীওইশিং অসিদগী নুঙগী চোপ্পর অমখক ফংবসিনা মীওইশিংদুগী মশক খঙনবা য়েংগে হায়রবদি খা-নোংপোক এসিয়াগী লমদমগী মীওইশিংগীসু মশক য়েংবা তাই। ব্রাফম অসি নোংপোক কৈথেলমানবীগীসু অদু মঙাই। মখোয়সিসু খা-নোংপোক এসিয়াগী লমদমশিংদগী মখোয়না খঙদবা নত্রগা খঙবা ঙমদবশিংগী আকিবদগী ঙাকথোক্লবা নত্রগা কন্নবা পাম্বে, মখোয়গী থাজবা ব্রাখন্দগী পোক্লকপা লাইনীং-তীননীং হায়বদু মখোয়গী লু-তোংদা পুরক্লম্বা, চেল্লক্লম্বা য়ারে। মরমদি মতম অসি খা-নোংপোক এসিয়াগী ওইনদি ফনা থেংজিনখ্রে। অদুগা মহৌশা লাইরেম্বীগী অকিবা ফংলবা নোং খাকপা অমসুং নোংথাঙ কুপ্পা হায়বসিদি কালেন-নোংজু পাম্বাগী ঈশিং-নোংশিৎকী শউম তত্তনা

## মনিপুরগী নুঙগী চক্তা লৈরম্বা মীশিং

লাংবা খা-নোংপোক এসিয়া অমসুং মনিপুরগী লমখৈ মনুংসিদদী মশা মতোমতা অকি-অখংদগী খুক্উ শেন্নবা অমসুং শাফনবা পাম্বৈ অমদি তংঙাই ফদনা হৌদোক্লমফম থোকই। মদুনা মীওইবগী থবাইবু থাজবগুম্বা নত্রবসু মীওইবনা খঙবা ঙম্বা, উবা ঙম্বা অমসুং তৌবা ঙম্বগী বাংমদা লৈবা মীওইবনা ঙমদবদু মখোয়না/মহাক্না ঙম্বা, মশক্তি মীওইবা মানবা নত্রগা মীওইবদা থীমনবনা অকিবা পোকপা খরদি লৈ হায়না থাজবা হৌরম্লগনি। মদু, মখোয়না অহিংবদগী অশিবা ওইহল্লিবা চিঙ্গাক্কী শাশিং অদুগী মতৌদগী খঙলকপা নত্রগা উরুবদগী, খল্লকপদগী পোকহল্লক্লম্বসু য়াই।

মচি চীঙথক্কী মীওইসিগী মীশীঙ পাননবগী পাম্বৈ লৈত্রবসু নোংপোক কৈথেলমানবীগী মীওইশিংসিনা মখোয়গী লৈফমসি মফম অনি থোক্না মান্নবা মতমগী তাংকক্তা শেম্লম্বসিনা[২১] মখোয়গী মরক্তা মীগী ফুরুপ (Clan) অমসুং কাংলুপ (Community) লৈরে হায়বা তাক্লি। মরম অসিনা মফমসিদা মীশীঙ ৪০/৫০ দগী তাদনা লৈরে। মখোয়গী মনুংদা মশীঙ য়াম্লিবসি মালেমসিগী ওইবা বায়েলগী মতুংইন্না অঙাংশিংনি। মরম অসিনা মখোয়না, মখা শমথরকপা মফমসিদা ফংবা মচৎ-মনাৎকী পরিংদা মথংগী ময়ায় ওইবা নুঙগী চক্কী মতম (চহি ৬০০০-৫০০০ গী মমাঙ) দা কদায়দা চৎথ্রবগে হায়বা খঙদনা ফুরুপ পুংমুং মুংখিবগুম খোঙগুল অমতা থিবা ফংদ্রিবসিনি।

মখোয়না চীঙমায়দা নত্রগা নুঙজাও নুঙমায়দা হক্লম-খোৎলম্বগী খুদম অমতা ফংবা ঙমদে। মখোয়গী মতমসিদা চৈতুপ, মচীন তুম্বা (চাওরাক্লা মৈ মূদুনা কনশিনহল্লবা ওইবা য়াই) খুংলায়শিংদগী হেনবা শীজিন্নরম্বা য়ারে। মসিনা হায়রিবদি, মচীন কোঞ্জিন পান্দবা তা, লম্বুগুম্বশিং শীজিন্নরম্বা য়াই।

## ময়ায় ওইবা নুঙগী চক্কী মনিপুর

ময়ায় ওইবা নুঙগী চক্কী মনিপুর অসিবু খাইগী ওইনা মমিং লৈনা খঙনবদি হোঅবিনহ্যান মনাৎ (Hoabinhian culture) কী মনিপুর হায়বসিনা হেন্না খঙনৈ। হায়রিবা চক অসিগী মপুন্সি অসি ঙসিদগী চহি ১২০০০ দগী চহি ৫০০০ গী মমাঙগী মতম অসি ফাওবনি। হায়রিবা মনাৎসি হৌজিক্কী ভিয়েটনামগী কোনুং

হানৌইগী খা-নোংচুপ্তা লৈবা হোঅবিনহ (Hoabinh) কৌবা মফম অমদা ফংখিবা মনাৎকী মফমসিগী মমিংগা কোন্নবা মচৎ-মনাৎকী মমিংনি। মসিগী মতমসি পৃথিবীগী মফম অতৈদা মেসোলিথিক এজ (Mesolithic age) হায়না থোন্নৈ। হোঅবিনহ্যান মচৎ-মনাৎসিগী য়াম্না শন্না খঙননবা পীরম্নিবা ব্রারোলদি [২২] -

## HAOBINHIAN CULTURE

The culture is name after the type site HoaBinh at North Vietman. The culture represents the transitional period between Palaeolithic (Old stone age) and Neolithic (New stone Age) Particularly in South-east Asia. In other parts of the world the period is known as Mesolithic. The culture is characterised by the persistence of the old Palaeolithic hunting and gathering way of life in the new environment created by the withdrawal of Pleistocene era. The old flora and fauna of Pleistocene were replaced by modern forms, but agriculture was still unknown. The period came to an end with the gradual invention and deffusion of the Neolithic way of life based or farming and stock rearing.

অসিনি। হায়রিবা মচৎ-মনাৎ অসিসু মনিপুরদা ফংলিবা ফংফম অমসুং ফংফমগী মওং-মতৌ খেন্নবগী মতুং ইন্না মীওই মখল অনি- (১) চীঙলৈখুনগী মী অমসুং (২) চিঙথক-চীঙয়াঙগী মী হায়না অনি থোক্লা খায়দোকপা য়াহি। মখোয় অনিসিগী ওইবা ব্রারোলদি-

### (১) হোঅবিনহ্যান মনাৎকী চীঙলৈখুন-মী

হোঅবিনহ্যান মচৎ-মনাৎকী চীঙলৈখুন মী অসি মনিপুরদা তমেংলোং ডিষ্ট্রিক্টী থারোন চীঙমী খুনগী মনাক্তা লৈবা কলেমকি (কবুই/রোংমৈ, শেকপী মকোন/ময়ুম) নচিংবা চীঙলৈখুন মঙাদা ফংই। অদুবু মরুওইবা মফমদি কলেমকি অসিনি। হায়রিবা হোঅবিনহ্যানগী মচৎ-মনাৎ শাগোন্নরকপা থারোন (24.40° N & 94, 25° E) গী চীঙলৈখুনগী মীওইশিংসি চাওরাক্লা য়েংবদা প্রোটো-মোঙ্গোলোইড অমসুং প্রোটো-অষ্ট্রেলোইড হায়বা মীওই কাংলুপ অচৌবা অনিসিগী মুকশন মাল্লি। মখোয়না মতমগী ঈপাক্তা লুপথখিদ্রিঙৈদা হুন্দোক্লম্বা

মখোয়গী নুঙনা শাবা খুৎশু-খুৎলাইশিং অসি, মখোয়গী শাথুপফম ওইরম্বা চীঙলৈখুন, শেকপী মকোন অসিনা য়াম্না খুদোংথীনিংঙাই ওইবনা মনুং হঞ্জিনবা চীঙলৈখুনসিগী মনুংদদি থিরু-হুমলুবা ঙমদ্রবসু মখোয়না লৈরম্বদা মতা চাবা মফমসিদদি থিজিন্নীংঙাই ওই। মদুগী খুদমদি [২০]

..... The caves site is located amidst the thickly forested Reyanglong hills at an altitude of about 976 m. above the sea level...... A stream Kalem-ki-magu is flowing cutting its way through the sandstone bedrock near the caves and finally forms a waterfall on its way to the west....... The cave known as Kalemki is very long and dark inside and exploration inside the cave was very difficult. There are fourteen passages inside the cave. The cave has three openings, two of them lead to the stream. There is also another cave at a short distance down the stream. Bisides these caves, three other caves are also discovered around the area. Exploration along the streambed and the mouths of the cave resulted.......... But exploration inside the cave was not possibles as the cave floors are covered with sandstone slabs and debris from the roof. Typologically the edge-ground pebble tools are similar with those Hoabinhian tools reported from different parts of South-east Asia.

অসিনি। মখোয় অসিগা মনিপুরগী অরিবা নুঙগী চক্কী মীওইশিং অসিগা মালেমসিগী নোংপোকচা (Oriental People) ওইবগী মান্নবা হৌনবা পুম্নমক মান্নরবসু অমনা অমদগী মখা শমথরকপা নত্রগা শাগোন্নরিবা পোৎলম-চৈরম অমসুং লীচৎ-শাজত্তা মতমনা অমসুং মফম্না পুরকপা খেন্নফম থোকপশিং অদু অদুম খৈন্নে। মান্নখ্রবা মখোয়গী শাদানবগী নত্রগা অতৈ মরমশিংদা শীজিন্নরম্বা নুঙগী খুৎশু-খুৎলায়শিং অদু ফাওবদসু অদুম খেন্নবগী মওং মতৌ উবা ফংই। মরম অসিনা থারোনগী কলেমকি চীঙলৈখুন মীশিং অসি অরিবা নুঙগী চক্কী মীওইশিংসিদগী মখা শমথরকপা মীওইশিং নত্তে, মখোয় অসি মনীং-মখা তমনা খা-নোংপোক এসিয়াগী মফম অমদগী লাকপা ওইরম্বা য়াই। মখোয়না চেন্নরিবা মনাৎ অসিনা খা-নোংপোক এসিয়াদগী ওইবা মচৎ-মনাৎ ওইবনা ব্রাফম অসি লাল্লোয়দ্রা খঙে।

হায়রিবা চীঙলৈখুন মীশিং অসি শা তান্দুনা চাবা অমসুং লম্রক্কী চীঞ্জাক লোকপা-খোমবা তৌদুনা হিংবা মীওইশিংনি। হায়রিবা চিঞ্জাক, মহৌশা লাইরেম্বীগী ফম্বাক্কী থিবগী লম্বী অনিসিদা অহান্বগী অসিদনা হেন্না হৈনবা অমসুং

হেন্না মরু ওইনা হিংনবগী লানফমদা মখা পোনবা ওইনা শীজিন্নরমগদবা মাল্লি। অদুগা মখোয়দা চিঙ্খাক্কী শা য়োকপা, লমশাদগী য়ুমশা ওলহল্লক্লবগী থৌরাংনচিংবা হৌগৎলল্লগদ্রা হৌগৎলমলোয়দ্রা হায়বগী খুদম ফংবা ঙমদে। অদুবু মখোয়না হায়রিবা শায়োকপগী মনাৎ, শাদানবগী অথোইবা পাম্বে ওইবা খোঙলোয় শাহুই লোয়বগী মনাৎ অমসুং লৌশিং অসিদি মখোয়গী খা-নোংপোক এসিয়াগী খোঙ হৌরকফমদগী ফংলক্লবদি য়াই। অদুবু লৌশিং অদু থবক ওইনা ওল্লোক্লে হায়বগী খুদম-চাংদমদি ফংবা ঙমদে। অদুগা মখোয়না পাম্বী-শীঙবী নত্রগা উপাল-ঋপাল মখোয়গী লৈফম মনাক্তা য়োকপা নত্রগা থাবগী লৌশিংগী মঙাল অসিদি ফংদ্রি হায়বা য়াই। মরমদি হায়রিবা লৌশিংসিগী মচৎ-মনাৎসিনা খা-নোংপোক এসিয়াগী মখোয়গী খোঙহৌরকফমদা য়ৌরক্ত্রিঙে নত্রগা হৌরক্ত্রিঙেগী মমাঙগী মতমদা[২৪] মফমদু থাদোক্লগা লাক্লবনি অমসুং মখোয়গী লৈফম ওইরিবা চীঙলৈখুনশিংসিগী লৈপাক অসিনা লৈহাও অফবা, পাম্বীগী মরূ হেক্তমক তাবগা মতোন হেক থোক্লকপগা মপান-মনা চোংখৎলকপা য়াবা লৈহাও ফংবা লম ওইদবা, লৈঙোই নুঙগী নুঙকুপ অমসুং লৈঙোইগী লম ওইনা তৌবা অসিনা ঋফমসিদা পুক্লীং থিংজিল্লুবা ঙমদে। মরম অসিনা মখোয়গী শেল-থুমগী ফিবমদা অহোঙ-অচাও থোকপা নত্রগা অরিক-অতাঙ থোকপগী মরমদা হায়বা ঙমদে। অদুবু মখোয়না বরাইল চীঙ মখল (Barail series) গী কুংলবা উ-ঋানা খুরক হাঙদবা উমং-ঋামংগী রেয়াংলোং চীঙশাংগী লমদমদা লৈরম্বা ওইরল্লবসু শাদানবনা লল্লক্কী চিঙ্খাক খোমচিনবদগী হেন্না নম্মনা পানবা মীওইশিংগী হিংবগী য়ুম্ফমদা থাঙ্গৎচনীংই।

হোঅবিনহ্যান মচৎ-মনাৎকী চীঙলৈখুন মীওইশিং অসিগী মীশীঙ পঙয়াম য়ামদববগী খুৎশু-খুৎলাইশিংসি হোঙনা ফংদবা হায়বদি মশীঙ য়ামদনা ফংবগী মরম ওইগদ্রা খঙে। অদুবু কলেমকিনচিংবা চীঙলৈখুনশিংসিগী মনুং চঙদুনা অমুক হন্না থিবা-হুম্বগী থবক মখা চথদ্রিবা মখেদি মখোয়গী মীশিংসিগী মীশীঙ অমসুং অতৈ হিরমশিংগী মরমদা খঙহায় হায়বসি চুমগদবা মান্দে। অদুমকপু মখোয়না মখোয়গী ঈগী ঈচেল মরক্তা খা-নোংপোক এসিয়াদগী পুরকপা মচৎ-মনাৎ, লীচৎ-শাজৎনচিংবদি থোইদোক্লা হোংলমগদবা মান্দে।

হায়রিবা মালেমসিগী ওইনা অঙনবা-অহোংবা পুরক্লিবা প্লেইষ্টোসিন চক (Pleistocene Era) না মশা লৌথোকচখিবগী মতম তাংককসিদা মীওইশিং অদুগী মশাদা হোংদনা লোয়নরিবদি মখোয়না খঙবা নত্রগা খঙবা ঙমদবা অমসুং মখোয়গী

লৌশিংগী নত্রগা মপাঙ্গলগী মতেংনা পাংথোকপা ঙম্বগী ব্রাংমদা লৈখ্রবশিংগী অকিবা অদুনি। অদুগা মসিবু ঙাকথোক্লবা নত্রগা কন্নবা পাম্বে, লাইনীং লীচত্তুদা, মীওইবনা ব্রাখল খনবা ঙম্বা অমসুং ব্রাখলগী মতেংনা শাশিংগী লৈপাক্তগী লাপথোক্লক্তুনা মখোয়দগী ওইবা তাইবংপান অমা শেম্লকপনিনা খর মখৈদি অহোংবা লাক্লম্বা য়াই। অদুবু কুপ্পা নৈনরুবা ঙমদবনা মখা তানা থিজিন-হুমজীনবগী মথৌ তারি। কনানা খঙগনি, মখোয়গী শাথুপফম ওইরম্বা অমম্বা কলেমকিগী চীঙলৈখুন মনুংদুগী চীঙগী লৈমায় অমসুং ফক্লাং মমায়শিংদুদা হক্ল-হন্নবা খুংলায় গ্রেভরশিং য়াওরিবসিনা মখল খরগী খঙবা য়াবা খুদমশিং হক্তুনা থন্নম্বসু য়ারি। মদুগুম্বা মীওই ফুরুপকী মশক তাকপা য়াবা পোংলমশিং, অহক-অয়েক্কী খুদমশিং চীঙলৈখুন্দুগী মনুংদা লোংলম্বসু য়ারি।

## (২) হোঅবিনহ্যান মনাংকী চীঙথক-চীঙয়াঙগী মী

হোঅবিনহ্যান মচং-মনাংকী চীঙথক-চীঙয়াঙগী মীওই অসি নোংপোক কৈথেলমানবীগী অরিবা নুঙগী চক্কী চীঙথক-চীঙয়াঙগী মীওইশিং অদুনা লৈরম্বা মফম অনিদুগী মনাক্তা লৈবা অতোপ্পা চীঙদুম অমগী মথক্তা লৈরম্বগী খুদম-চাংদম ফংই [২৫]। মখোয় অসি, মচং-মনাং অসিগী থারোন-কলেমকি চীঙলৈখুন মীশিংনা লৈখুন্দগী থোরক্তুনা অহাঙবা চীঙথক-চীঙয়াঙসিদা অনৌবা, অশেংবা নোংশিং মরকসিদা পাল্লবা মান্দে। মখোয় অসিসু থারোন-কলেমকী চীঙলৈখুন মীশিংগুম মতুং তারকপা মতম তাংকক অমদা খা-নোংপোক এসিয়াগী অতোপ্পা মফম অমদগী মনীং মখা তম্মা নিংথি/চিন্দবিন/খেন্দাবেনগী খোংলম ইন্না কারক্লগা মনিপুরগী তুরেল অচৌবগী ঈতিন্নফম য়ৌরক্লগা তুরেল অচৌবসিগী খোংলম ঈন্দুনা অমুক কারক্লগা হৌজিক্কী ময়াংইম্ফালগী লমখৈ মনুংদা লৈরিবা ঈম্ফাল-থৌবাল ঈতিন্নফম ঈরোঙ ফংলগা ঈম্ফাল তুরেলগী খোংলম থাদোক্লম্লগা থৌবাল তুরেলগী খোংলম ইন্দুনা অমুকসু কারক্লগা নোংপোক কৈথেনমানবীগী লমদমসি য়ৌরক্তুনা খোঙ্গং-খুৎকংবা চীঙথকসিদা লৈরম্বা মাল্লি। মখোয়গী মশাদা লোয়নরিক্লবা মচং-মনাংসিনা তাক্লিবদি মখোয়সি নোংপোক কৈথেলমানবীদা হান্ননা লৈরম্লবা অরিবা নুঙগী চক্কী চীঙথক-চীঙয়াঙগী মীওইশিং অদুদগী শমথরকপা মখোয়গী চাদা-নাওদা নত্তে অমসুং মখোয়গা মরী অমতা লৈনদে। মখোয়না নোংপোক কৈথেলমানবীসিদা লাকপা মতমদা অরিবা নুঙগী চক্কী

মীওইশিং অসি মফমদুদা লৈরম্রিবরা নত্রগা লৈরমদ্রবরা অরেপ্পা হায়বা ঙমদো অদুবু য়াম্না মাল্লিবদি মখোয়না নোংপোক কৈথেলমানবীদা থুংলবা মতমদদি অরিবা নুঙগী চক্কী মীওইশিংসি মফমসিদগী মুংখিরম্রে। খুন মুংখিবরা মদুসু ময়েক শেংনা খঙবা ঙমদে।

নোংপোক কৈথেলমানবীগী হোঅবিনহ্যান মচং-মনাং শাগোন্নবা মীওইশিংসি মালেমসিনা শকখঙ মায়খঙবা মী কাংলুপ অচৌবশিংগী মনুংদা মোঙ্গোলোইড (Mongoloids[২৬]) মখলগী মীওইশিংনি। মখোয় অসি অৱাং-নোংচুপ অমসুং নোংপোক থংবা এসিয়াদগী খা-নোংপোক এসিয়াদা শন্দোক্লকপনি। মখোয় অসিগা অষ্ট্রোলোইড (Austroloids[২৭]) কাংবুগা য়ান্নবা মুকশন মচাসু ওইনা মীওইশিংগী মখলদা থাঙ্গৎপা য়াই।

হোঅবিনহ্যান মনাং ইনবা চীংঙথক-চীংঙয়াঙগী মীশিং অসিনা মনিপুরগী আর্কিওলোজীগী তাইবংদা চঙলকখিবসি চহি ৬০০০ লোমগী মমাঙগী মতমদনি অমসুং মখোয়না চহি ১০০০ রোমগী মতমদা মনিপুরগী মী ওইনা পালম্মী। মখোয়গী মরুওইবা চিঙ্খাক ফংনবগী থবক শীম্থাশিংদি অহানবগী চহি ৫০০ রোমদি লম্লত্তগী লমশা তানবা অমসুং লম্লত্তগী চিঙ্খাক লোকপা-খোম্বা হায়বা য়েলহৌঙেদগী চৎনরক্লবা থবক অনিসিনা ওইরম্মী। মরমদি মখোয় অসি মনিপুরদা অনৌবা লাকপা মীনৌনি অমসুং লৈপাকসিগী চীঙ-তুরেল-পাৎ-লমহাং উমং-ৱামং, নারক-মোংশোংনচিংবসিগা শকখঙনদ্রি, মায়গৈ অনিমক্তা অনৌবগী অনৌবা ঙাক্তনা ওইনরি। অদুবু হায়রিবা মতমসিদা মখোয়না মখোয়গী খোঙহৌরকফম অমদি হান্না লৈরম্বা মফম খা-নোংপোক এসিয়াগী লমদমগী মফমদুগী শায়োক-শালোয়বা, শাশিং লোয়ফম শাফম/শফম-শাকোন শেম-শাদুনা লোয়রগা চিঙ্খাক ৱাক্তনবা থম্বগী লৌশিং অমসুং পাম্বী-শীঙবী য়োকপা-থাবা, ঈংখোল শম্বল লিংদুনা উপাল-ৱাপালনচিংবা পাম্বী মচা অচৌবশিংগী চিঙ্খাক থোকহন্নবগী লৌশিংগী থবকশিং, থেংনবদগী ফঙলকপা অমসুং শীজিন্নরকপা তৌরকপদগী হৈরকপশিংদু থবক্তা ওম্থোকপা ঙমদ্রি। মখোয়না শাদানবশিংগী খ্বাইদগী হেন্না মতেং পীবা শা, য়ুমশা ওইরবা শাহুই, হুই[২৮] লোয়নরক্লম্বা য়ারবসু মখোয়দা লৌউ-শীঙউবা (Agriculture) নত্রগা পামলৌ-লৌবুক নিনবগী ৱাখল অমসুং লৌশিংসিদি লৈত্রি। হোঅবিনহ্যানগী মনাং চৎপা মনিপুরগী নোংপোক কৈথেলমানবীগী মীওইশিংসিনা শাহুই পুদুনা পুন্না শা তান্দুনা শা য়াম্না ফারক্লবা

মতম, মখোয়গী ফুরুপ (Clan) কী নত্রগা লৈমিন্নরিবা, পুন্নরিবা মীশিং অদুগী চাবা কোন্নবদগী লেম্লক্লবা মতমদা অরেম্বদা শা পঙহাৎ হাৎলক্কে। মথংগী নত্রগা শা ফংলক্তবা মতমদা শীজিন্ননবা থমজিনবগী হৈনবীসি শেম্লকখি। মসিনা মখা শমথরকপদদি চহি নৌরিবা শা মচাশিং অমসুং অমোমশিংবু হাৎলক্তবগী থৌওংসিদা মতমদুগী চহি খরদগী মমাঙদা মালেমগী চংনবী ওইনা লৈরিবা অদুদা তারকখি। মসিনা অমুক মখা তারকপদা শা মচাদুনা চাওরগা চাননবা য়োকপা অমসুং অমোম অদুনা শা মচা খুন্ননবা য়োকপদা ওল্লকখি। অদুনা অমুক হন্না মখা তারকপদদি শা মচা পোকথরকহন্নবগী শা লোয়বা অসিদা তারকখি। অসুম্না শাদানবদগী শাগী মচা খুন্নবগী থবকসিদা শাগী থমফম শাফম-শকোন শারক্তুনা লোয়রকপা অসিদা তারকখি। হায়রিবা থাক অসিদা চিঙ্গাক্কী ওইনা খ্বাইদগী ইহান হান্না য়োকপা লোয়বা শা মখল অসি ওক ওইরম্বা য়াই। মরমদি মতম অদুব্রাইদা ওক লমশা, লমওক য়াম্না মরাং কায়না ফংই, চাইনা অমসুং অব্রাং-নোংপোক থংবা ভারতকী লমদমসিদা য়াম্না লোয়নরম্মী হায়বগী খুদম ফংই [২৯]।

লম্লক্কী শানা য়ুমশা ওন্দুনা য়োক্লকপা-লোয়রকপা অসিগা খম্লাংনা মনিপুরদা নোংপোক কৈথেলমানবী মীওইশিংগী মনাৎসিদা অতোপ্পা মনিপুরদদি অনৌবা ওইবা, মী ওইনা হিংননবগী পামবীগী চিঙ্গাক পৈশিন্দুনা থম্নবগী অহৌবা খোঙথাং ওইনা পাম্বী য়োকপা অমসুং লৈফম মনাক্ত ঈংখোল-শম্বল লিংবগী থবক-থৌওং অসিসু হৌরক্লম্বা য়াই। মখোয়না মহৈসি হান্নদগী হৈরক্লবসু মখোয়না খঙবা পাম্বী অদু থেংনদবনা নত্রগা মহৈ-মশিংদু কাউথোকখিবনা ওইরবসু মতম খর থেংথবসিগী মরম ওইরম্বা য়াই। মখোয়না হান্ননা মহৈসিগী লৌশিংসি লোয়নরক্লে হায়বদি অকনবা মহৈ-মরোং তকখায়নবা নত্রগা মকু অকনবা খোক্লনবা নুঙগী খুৎলায়শিংগী মরক্ত তকখায়নবা মমায় পানবা নুঙ (Pebble with smooth ground surfaces and batter marks) অমা য়াওরিবা অমসুং তত্তনা য়ৈবগী মমি তাবা নুঙদুম ২৪ য়াওরিবা অসিনি। মসিগী হিরমসিদা শ্রীকুমার সিংহনা মাগী পুক্লীংগী ব্রাফম ফোংদোক্তুনা পীরি[৩০]

None of these tools could be used in effective hunting, as such a change in the economy from the earlier, cultural phase must be there, But by the presence of pebble pick with used scars (fig 6:2) gathering of edible roots domesticalted or wild is definitly indicated, Again by the

*presence of large number of pebbles with batter marks and with smooth* **grinding facets in one case (PL III. 16), and as no ground stone aritifact is associated in the present collection from the site, crushing and grinding of some seeds or grians for their food are also suggested.**

মরম অসিনা হায়রিবা মতমসিগী মমাঙদগী মঁহৈসি লোয়নরক্লে। অদুগা মখোয়না মখোয়গী লাকফম/খোঙহৌরকফম অদুদগী খঙলকপা, থেংনরকপা চীঙ্গাক্কী মঁহৈ-মরোংগী পাম্বীদি ফৌ পাম্বীনি। মরম অসিনা মথক্তা শ্রীকুমারনা পুখৎলকপা ব্রাফমদসু য়াওরিবদুনি, তকখায়নবা অমসুং তকথৎনবগী মঁহৈ মরোং অসি ফৌনি। ফৌ অসি পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী ইহান হান্না ঙসিদগী চহি ৮০০০ লোমগী মমাঙদা থাখিবসি খা-নোংপোক এসিয়াগী লমদম-লমজাওসিদনি। মসিগী মমাঙদা ঙসিগী চহি ১২০০০ রোমগী মমাঙদা মহৌশা লাইরেম্বীবু খা-নোংচুপ এসিয়াদা তেহন্দুনা য়োক্তুনা শীজিন্নবা হৌখ্রবনি। মদুগী মরমদা হায়রি [৩১] -

**Nature was being tamed in South west Asia by 10,000 B.C. Knowledge of farming developed later in other areas.**

মসিনা খা-নোংপোক এসিয়াদা চাইনা-টিবেত ফাওরগা লাক্তুনা চহি ১০০০ রোমগী মতুংদা থুংলখি অমসুং মদুগা লোয়না লোয়ননা ফৌনচিংবা মঁহৈ-মরোংগী পাম্বীসু থাবা হৌদোক্লককখি। মদুগী মরুওইবা ব্রারোলদি [৩২] -

**In South east Asia, the emphasis was first on roots, tubers and fruits; in Thailand by 6000 B.C. a wide variety of plant foods was eaten, some of them almost certainly domesticated species. They included almonds, broad beans, batal nuts, cucumbers, peas, water-chestnuts and some gourds. Rice was probably domesticated in South east Asia and reached Eastern India by 2000 B.C. but in China millet and wheat remained more important until 1600 B.C.**

অসিনি। মরম অসিদগী খা-নোংপোক এসিয়াদা লমফৌ (wild rice/paddy) পাম্বী মরাং কায়না হৌরম্মী হায়বসি খঙবা ঙম্মী। মনিপুরসু লমফৌশিং ব্রাইনু চরা, কৃষ্ণভোগ/ভুগ অসিনচিংবা লমফৌশিং অথেংবা মতম ফংলবা হৌরম্বগী খুদম ফংই। মরম অসিনা নোংপোক কৈথেলমানবীগী হোঅবিনহ্যান মনাৎ য়োকখৎপা মীওইশিংসিনা লমফৌ লোক্লগা নোংজু পাম্বগুম্বা শা তানবদা নত্রগা অঁতে, পাম্বীগী,

উচেক্কী নত্রগা অপিকপা শাশিংগী চিঞ্জাক ফংলক্তবা মতমদা নত্রগা অতাঙ-থাদা শীজিন্নদুনা চরা নোংখন্নরম্মী। অহোংবা মতমগী অহোংবা ফিবমশিং মায়য়োক্লনবা চেকশিন-থৌরাং লৌখৎপগী থৌশীল-থৌরাং লৌখৎপা শেন-থুমগী ফিবমদা হান্নদগী হেন্না মরা চেৎপা শক্তম অমা উবা ফংই। অদুগা হোঅবিনহ্যানগী নুঙগী খুৎশু-খুৎলায়শিং অসিদি শাদানবদা অমসুং শা ফাবদা খুৎলোয়বা নত্রগা অফবা, চানবা খুলায়শিং ওইদে। মরম অসিনা শাদানবগী অমসুং পাম্বী-শীঙবীশিং লাম্বা, চিংথনবনচিংবগী অনৌবা উ-ব্রাগী খুৎশু-খুৎলায় খর হাপকৎলমই। মদুগী হিরমদসু শ্রীকুমার সিংহনসু মশাগী ওইবা ব্রাফম ফোংদোক্লি ৩৩ -

...... The Hoabinhian stone artifects are not suitable also for effective hunting economy unless some other devices have been employed. As suggested by Solheim (1960: 137) and Gorman (1971: 312) it is quite likely that wood and bamboo were also used in making exploitative implements. In hunting spear or dart of bamboo or wood either untipped or tipped with stone points might be thrown with the help of thrower as demonstrated by Richard Regenburg (Brennan, 1975: 30-32).

অদুগা শাদানবগী উ-ব্রাগী খুৎলায়দা অহানবর্দি চৈতুপনি হায়বসি মথক্তা পঞ্জখ্রো হায়রিবসিগী মতুংদা নুঙগী খুৎলায়শিং স্পিয়ার, ক্লাইফ, স্ক্রেপর অমসুং পিন্‌শিং, নুঙশিং পাক্লা পানা থুগায়রগা শারকখি। মখোয়শিংসিগী মতেংনা শরূগী অথৌবা পুমহুৎ, য়েত্তুম অমসুং হার্পুন শাদুনা শীজিন্নরকখি। অসুম্না ব্রা-উদা নুঙগী/ শরূগী অথৌবা মচীন হাপ্তুনা নত্রগা মৈ শীজিন্নবা হৈরকপদগীদি মচীন তুমহল্লগা মৈ মুদুনা কলহল্লগা তাশিং শীজিন্নরকখি। অদুবু নিওলিথিক রিভোলুসনগী অওনবা লাকপা হৌরকপদগীদি শীজিন্নরম্বা খুৎলায় উগী-ব্রাগীশিংদা অনৌবা থেংনরুবদগী খঙলকপনা লীরুং শীজিন্নরকখি। মদুগী মতাংসিদা মালেমসিগী ওইনা পীরিবদি ৩৪

People learned to use the force of a flexible stick strainghtening out, they bent the stick and fastened its ends with a cord making a bow. The hunter could hit an animal with an arrow at a distance of several dozens or hundred steps.

অসিনি। মরম অসিনা মনিপুরগী মেসোলিথিক্কী মীওইশিংসি লীরুং-তেন শীজিন্নরে। মখোয়না খুৎলায় অসি শেম-শাবগী লৌশিং অসি মখোয়না লাকপদা

খা-নোংপোক এসিয়াদগী পুশিল্লক্লম্বা য়াই। অদুবু খুৎলায় অসিগী অশেংবা হৌরকফমদি খঙবা ঙম্মদ্রি।

মীওইবা জাতিনা য়েক-খোৎপগী মঁহে-মশিংসি শীজিন্নবা হৌরকখিবসি ঙসিদগী চহি ৩০,০০০ রোমগী মমাঙগী মতমদগীনি[৩৫]। মসিগী মঁহেসি মীওইবনা মশাগী লৈতেংজবদসু শীজিন্নরকখি। মরম অসিনা মী মী অদুগী নত্রগা মহাক্কী ফুরুপ-কাংলুপকী ওইবা ব্রাখল্লোন কয়াগী শউমদগী মীওইবনা মশাগী হকচাং কয়াৎশিংদা খুদম তৌনবা নত্রগা লৈতেং ওইহন্নবা য়েক-খোৎপগী মঁহে-মশিংসি শীজিন্নরকখি। মসিগী হৌরকপগী ব্রারোলদা পীরিবদি [৩৬] -

Man does not go blindly into danger which comes from the nature of the animals or other men. The faculty of providing against it, has developed in him. He knows how to adapt the materials in his possessions to make them serve to preserve his life.... the law of organic development in the animal kingdom in the life of an individual man consists in seeking after food, then feeling and lastly thinking. The desire to look well by decoration is not a special feature of man alone but many other animals on feelings show their same desire specially during their gestation period. This is particulary noticed among birds. Man is intelligent and supervised all other animals that is why he uses many artifices to look well. Primitive man was first nude. He thought of painting and in tattooing the part af the body which could be lent to ornamentation. After that scarifications, mutilations and deformations came in the mind of man as a modificaiton to shape with the gradual progress, he began to clothe himself for the decorative impulse, then came in sense of modesty or self feeling and also protection against weather and evil eyes.

অসিনি। অদুগা মনিপুরগী হোঅবিনহ্যান মনাৎকী অরোয়বা থাক্কী ওইবা নোংপোক কৈথেলমানবীগী মীওইশিং অসি মশাগী হকচাং কায়াৎশিংদা য়েকশিন-খোৎচিনবা নত্রগা তৈশিন-শংজিনবা অসি তৌরমগনি হায়না থাজবা পোকই। মরমদি য়েকশিন-খোৎচিনবা (Tattooing) হায়বসি পোলীনেসিয়ানশিংগী মচৎ-মনাৎ ওইরবসু পৃথিবী পুম্নমক্ত শন্দোকখ্রবা অমসুং অরিবা নুঙগী চক্কী মতমদগী হৌনা শীজিন্নরক্লবা মচৎ-মনাৎনি। মসিগী মরমদা হায়রি [৩৭]-

.....During the prehistoric period the custom of painting was known ........ The palaeolithic men was not satisfied merely with painting the body but also tattooing was done by fine flint knifes.

## মনিপুরগী নুঙগী চক্তা লৈরম্বা মীশিং

Tattooing- It is Polynesian origin and the word tattoo is derived from "'ta-to'", strike. Next to painting the practice of tattooing is also wide-spread all over the world both among the primitive and the modern people.

অদুনা মনাৎ অসি খা-নোংপোক এসিয়াগী লমদমদা অরিবা নুঙগী চক্তা মতমদা চঙদুনা লৈবদগী মখোয়না পুরক্কমগনি। অমুক অমরোমদা হোঅবিনহ্যানগী মনাৎকী মীশিংগী লৈরোনসিগা ইকান কান্নদনা পারবা লৈরোন অমতংনা খল্লগা চফু শীজিন্নরবা নিওলীথিক্কী মীশিংগী লৈরোনগী মথক্তা লংশুং মমি তাবা চফু শীজিন্নরবা মীশিংগী লৈরোল লাক্কদৌরি। লংশুং মমি তাবা চফুশিংসিদগী খঙগদৌরিবদি ম-শিং মচা অপিকপশিং ফাইজিন্নদুনা শুংজিন্নদুনা তাশিল্লগা শেম্বা লংশুং শীজিন্নরবসিনদি থুম্মোক শাবা, ঈল শাবা, ফি শাবা চফু শাবা অনিচিংবা খুৎহৈবগী অমসুং খুৎনা শুবা থবক ময়াম হৌদোক্লগদৌরি অমদি মাগী মাগী মথৌ চঙলকপশিংদা শীজিন্নরক্কদৌরি। নিওলিথিক চক অসিগী মতম ঙসিদগী চহি ৪৫০০/৪৩০০ গী মতমদা ফি শীজিন্নরগদৌরি। মরম অসিনদি মীওইবগী মশানা মশাবু লৈতেংজবগী মিৎয়েংদগী য়েংলবদি হোঅবিনহ্যানগী মচৎ-মনাৎ ইনবা, অথেংবা মতমগী নোংপোক কৈথেলমানবীগী মীওইশিং অসি মশাদা য়েকশিন-তৈশিনবা (Painting) অমসুং খোৎচিন-শংজিনবা (Tattooing) অসি শীজিন্নরে হায়না লৌজরি।

হোঅবিনহ্যানগী চীঙথক-চীঙয়াঙগী মীওইশিংসি ফুরুপ অমসুং কাংলুপ নাইনরবা মীওইশিং ওইগনি। মখোয়গী চাওরাকপা মশীঙ পাননবা অর্কিওলোজিগী ওইবা পাম্বৈ অমতা ফংবা ঙমদ্রবসু মখোয়গী মতমসিদদি খা-নোংপোক এসিয়াদদি ফুরুপ অমসুং কাংলুপ লিংখৎনবসিনা ঙসিদগী চহি ৩০,০০০ দগী ২০,০০০ ফাওবগী মনুংদা ওইখিবনা খুন্নাই, কাংলুপ (Tribe) কয়ামরুম থোক্লবা মতমনি। অদুনা মফমদু থাদোক্তুনা লাকপসি ফুরুপ-কাংলুপ অমা অনিদি ওইরমগনি হায়না লৌবা য়াই। তৌ-দুনা চাংয়েং তৌরিবা মফমসিনা লম মচেৎ অমতং ওইবনা খুৎশু-খুৎলায়গী মশীঙদা পারবসু কান্নবা ফংবা ঙমগনি থাজদে।

নোংপোক কৈথেলমানবীগী মীওই কাংলুপ অসিগী লাইনীংলোন অসিসু মখোয়গী ফংলিবা নুঙগী খুৎশু-খুৎলায়শিং অসিদগী শাগৎনবগী লীখুন পোমিৎ ফংদে। অদুবু মথক্তা হায়খিবগুম মখোয়গীসু মহৌশাগী থোক্লক্লিবা অকি-অখংশিং অমসুং মশাগী ব্রাখলগী অশোনবশিংদগী ঙাকথোক-কনথোক্লবা অমসুং ঙাকশেন-থৈদোক্লবা লম্বী অমদি য়াত্তুনা থম্নবা লাক্লরম্লগনি। মদুনা মখোয়গী

## মনিপুরগী নুঙগী চক্কা লৈরম্বা মীশিং

লাইনীংলোনগী মরূ ওইরিবনি। অমুক অমরোমদা, মখোয়না হাত্তুনা চারিবা শাশিংগী অহিংবা অমসুং অশিবগী মওং মতৌ খেন্নবসিদগী অহিংবগী ময়াই, থৱাই (Soul) হায়বসিগী থাজবা লৈরম্লগনি। অদুগা মী মহাক্না তৌবা ঙমদবা অঁতে শাশিংনসু তৌবা ঙমদবা, মশকসু উবা ফংদবা, মীওইবদা অফবা-নুংঙাইবা পীবিবা অমসুং মীওইববু অৱা অনা তাহনবা, অশোক-অপন অমদি অশি-অনা নংহনবনচিংবা ফত্তবা মঁহেশিং পীবা, মী মখোয় মশা মানবা, মশক ফজবা, য়েংনীংবা পোকপা অমসুং মশক থীবা, অকিবা ফাওবা খর লৈ হায়না লৌরম্বা য়াই।

মখোয়সি, লুচিংবা অমগী মখাদা থায়র্নঙে, মীগী মীরুপ (Human herd) শেম্লকপদগী লৈরকপদু অদুম লৈরি। মহাক্কী য়াথং মতুংইন্না মখোয়গী ফুরুপকী ওইবা থবকশিং অমসুং লন্নাইগী ওইবা, ওইজবা থবকশিং পাংথোক্লি অমসুং তৌনরি।

## অনৌবা নুঙগী চক্কী মনিপুর

অনৌবা নুঙগী চক্কী মনিপুর অসি চাওরাক্লা ঙসিদগী চহি ৫০০০ রোমগী মমাঙগী মতমদগী হৌখি অমসুং চাওরাক্লা চহি ২৫০০ রোম ফাওবা চখ্খি। হায়রিবা মনিপুর অসিগী মীশিংগী মচৎ-মনাৎ অসি খা-নোংপোক এসিয়াগী অনৌবা নুঙগী চক্কী মচৎ-মনাৎশিংনা মশাগী ময়োল ওইনা অমসুং মতাই ওইনা পানবা লমদমশিং লাম্থোক্তুনা লাক্লগা য়ৌরকপা, পীথোক-হেনদোক্লকপশিংনা মনিপুরগী চীঙলৈপাক-তর্মলৈপাক পুমথুম থুমহল্লবা মনাৎনি। অদুবু আর্কিওলোজির্গী লৈ-তৌ চাংয়েং লৌখত্তুনা থিজিন-হুমজিনবগী থাক্তা পুখৎখিবদি - (১) নোংপোক কৈথেলমানবী, (২) ৱাংঙু নাপচীক অমসুং (৩) ফুনানচীঙ মফম অহুম অসিখত্তনি। অদুবু লৈ-তৌ চাংয়েং তৌদনা লৈমায়দা মতোমতা থোকচরকপা মচৎ-মনাৎ অসিগী নুঙগী খুৎশু-খুৎলায়শিং লৈমায়দগী খুনবা ওইনা থেংনখিবর্দি লৈপাকসিগী মফম অয়াম্বদনি। অদুগা মচৎ- মনাৎসিগী চাংয়েং লৈ-তৌ তৌখিবশিং অসিদা মনাৎসিগী মথং-মনাওগী পরেং ফংলিবা পোৎলমশিংনা পুরিবা লীচৎ-শাজৎকী মতুংইন্না নীংথীনা শাগৎপা ঙমই। হায়রিবা মফম অহুমসিগী মীওই মখল অহুমসিনা অনৌবা নুঙগী চক অসিগী চহি ২৫০০ রোমগী মতমগী মনিপুরগী মীহুৎ শিল্লিবনি। মরমসিনা মতম তাংককশিংগী মীহুৎ শিল্লিবা মীওইশিং অদুগী মনাৎশিংদু লৌখত্তুনা থমজনবা হোৎনজরি।

## মনিপুরগী নুংগী চক্তা লৈরম্বা মীশিং

### (১) নোংপোক কৈথেলমানবীগী নিওলিথিক্কী মী

নোংপোক কৈথেলমানবীগী অনৌবা নুঙগী চক্কী মীওইশিংসি চীঙথক-চীঙয়াঙগী মীওইশিংনি। মখোয় অসিনা মনিপুরগী নিওলিথিক এজগী খ্বাইদগী ইহান হানবা মীওইনি। মখোয় অসি মখোয়গী লৈফম চীঙদুম চীঙথক অদুমক্তদা মখোয়দগী হাননা লৈরম্বা হোঅবিনহ্যান মনাৎ পুবা মীওইশিং অদুদগী চাদা-নাওদারকপা নত্রগা মফমদুগী মনাক্কী চীঙদুম-চীঙথক অনিদা লৈরম্বা অরিবা নুঙগী চক্কী মনাৎ ইনবা মীওইশিংদগী চাদা-নাওদারগা মফম অমদা লৈরুবদগী অমুক হঞ্জিল্লকপা মীওইশিংসু নত্তে। মখোয় অসিসু মনীং তৌনা খা-নোংপোক এসিয়াগী মফম অমদগী য়ুমহোং-খুনহোংলকপা মাল্লি। মখোয়না মখোয়গী লৈফমসিদা য়ৌরকপা মতমদদি হান্না লৈরম্বা হোঅবিনহ্যানগী মীওইশিংদু মুৎখিরল্লে। মদুগী খুদমদি মখোয়গী মচৎ-মনাৎকী লৈরোনগা হোঅবিনহ্যান মচৎ-মনাৎকী লৈরোনগা অনিগী মরক্তা মনাৎ অনিগী খুদম-চাংদম পুদম্বা অপাবা লৈরোন অমনা খল্লিবদুনি ৩৮। অদুবু মতমদু পঙকান কান্নদে হায়বদুদি লৈরোন্দুগী থাবা-পাবগী চাং অদুনা তাক্লি।

মখোয়না মখোয়গী খোঙহৌরকফম, খা-নোংপোক এসিয়াগী মফমদুদগী নোংপোক কৈথেলমানবী য়ৌনা লাকপা অসি হোঅবিনহ্যান মনাৎ পুবা মীওইশিং অদুনা লাকপা লম্বী অদু খুদুং ইন্দুনা লাক্লমগনি। মরমদি অসিগুম্বা অঙনবা মতম, লম্বী-থোংগী অকক্লবা পরিং লৈর্ত্রিঙেগী মতমদা লম চৎপা নত্রগা খুনহোং-খুঙ্খোকপা চৎপসি কংফাল লমশিংদদি তুরেল খোংলম ইন্না কাবা নত্রগা কুম্বা অসিনা খ্বাইদগী হেন্না শীজিন্নবা, অরায়বা অমসুং পাম্না তৌনরম্বা লম্বী চৎপগী ৱায়েল ওই।

নোংপোক কৈথেলমানবীগী নিওলিথিক্কী মচৎ-মনাৎ পুবা চীঙথক-চীঙয়াঙগী মীওইশিং অসি মীওইবগী মরম নৈনরোন মহৈ-মশিং (Anthropological science) গী মতুংইন্না য়েংলকপদা মোঙ্গোলোইড কাংলুপ অচৌবগী ফুরুপ অমা ওইরম্বা য়াই। অদুবু মসিদা অষ্ট্রেলোইড কাংলুপ অচৌবগী মীওইগী মহী-ময়াই খরদি য়ান্নরমগদবা মাল্লি।

# মনিপুরগী নুঙগী চক্তা লৈরম্বা মীশিং

অনৌবা নুঙগী চক্কী মীওইশিং অসিগী হিংনবগী লম্বীদা পুক লাম্বগী লান মায়য়োক্লনবা থবকশিংদগী মরুওইবসি লৌউ-শীঙউবা, পামলৌ লিংদুনা লৌ শুরগা মঁহে-মরোং লোকপনা ওইরে হায়বসি মখোয়গী নুঙগী খুৎলায় মরক্তা য়াওরিবা নুঙনা শাবা চীথেক অহুম নাইবা লৈতৌ খুৎলায় (Ground triangular hoe) নত্রগা শীঙজঙগী মখলগী ওইবা য়াবা (Axetype) খুৎলায়শিংসিনা খুদম ওইরি। অদুনদি হায়রিবা লৌউ-শীঙউ অসিগা কোন্নবা লৌ খোয়নবা শাশিংমক লোয়রমদ্রবসু চিঙ্গাক ওইনবা শা লোয়বগী শীনফমসিমসু চখরম্বা য়ারে। হায়রিবা লৌউ-শীঙউবগী শীনফম পায়রকপসিনা মখোয়বু শাদানবা অমসুং চীঙলক-মাল্লক্তা চত্তুনা চিঙ্গাক লোকপা-খোম্বদগীদি খর মঁখে পোখাহনবা ঙম্লে। অদুম ওইনমক মীওইবনা উমং-ব্রামংবুদি চিঙ্গাক লৌনবগী হিরমদতা নত্তবনা খক থৌওইদবা, থাদোক্লম্বা য়াদে। অসুম্না লৌ য়ানবা, লৌ হুনবসিদা শীজিন্নরিবা পাম্বী থাবগী মওংসিদি লৈতৌ খুৎলায় খুৎলৈ অমদা মরূ অমা ফুমজিনবা ওইনা তৌনরম্বসি ওইরমগদ্রা খঁঞ্জে। অদুবু শীনফম অসি খা-নোংপোক এসিয়াদগী লোয়নরকপা ওইনা তৌবনা পুমহুন (Jhooming) গী মখলদা তৌরম্বসু য়াই। অসুম্না অনৌবা নুঙগী চক্কী মীওইশিংসিনা মমাঙগী চক অনিদগী হেন্না ফগৎপা লন-থুমগী ফিবম (Better economy) গী ওইবা মশক অমা শাগৎপা ঙমখি [৩১]।

মথক্তা হায়রিবা লৌউ-শীঙউবগী থবক হৌদোক্লকপসিনা মী ওইনা পান্নবগী পোৎচঙ-চৈজঙদা হেনগৎহল্লকখি। মখোয়না মমাঙদগী হৈরক্লবা মঁহে-মশিং ওইরবসু থবক থৌদৌনা পুরকপা মথৌ তারকপগী চঙদবা য়ারক্তবা ওইরক্ত্রিবা মঁখেদি নীংশিংলমদে। হৌজিক্তি লৈপাক শেম-শাদুনা মঁহে-মরোং লোক্লবা হোৎনরুবদুনা মঁহে-মরোং লোক্লে। লোক্লুরিবা মঁহে-মরোংদু থম্মনবগী হাপফমগী মথৌ লাক্লে। মসিনা মখোয়দা থুম্মোক-তাইরুক শাবগী ব্রাখল পীরে। মখোয়না পুরকপা ফুশিংদা অনৌবা থোমজিল্লকপশিংনা লোয়নরকপা লংশুং মমি তাবা ফুশিং য়াওরি। মসিনা তাক্লিবা ব্রাফমদি মখোয় অসি পাম্বী-শীঙবীদগী লৌবা ম-শিং গী অপিক-অপিকপা মচাশিংবু মপাঙ্গল হেন্না কলহন্নবা, হেন্না মপোপ চাওহন্নবা ম-চা খর খরা পুনশিন্নদুনা ফাইজীন্নরগা তাশিন্দুনা শুংজিন্নরগা মপোপ চাওহনবা হৈরে। লংজা অমগা লংজা অমগা ফেনজিন্নদুনা ময়ুং-মফেন নাইহন্দুনা শেম -শাবসু হৈরক্লে। মখোয়না মিশিংনা মিরাং মহুম শাবা,তীনশীংনা ময়াদগী ম-শিং মরী থোকহল্লগা মশা পুম্বা কোয়শিনখিবা অমসুং উচেক-ব্রায়াশিংনা উশা

# মনিপুরগী নুঙগী চক্কা নৈরবা মীশিং

অমগা অমগা লোনশিন-লৌশিন্নদুনা অমসুং ফেনজিন-ফাজিন্নদুনা মহুম, মকোন শাবনচিংবসি উখ্রে। মদুদগী মতৌ তমদুনা মখোয়না থুম্মোক শারকখিবনচিংবা উরকখিবদুসু নীংশিঙলক্কে। ময়াম অসিনা লমজিং-লীত্তকপা ওইরগা ম-শিং ওইবা নত্রগা পাম্বীগী মচেৎকী শরুক শেম-শানবা থিরকপদা মমাঙদগী থেংনরক্কবা ৱাশিং থিরুদুনা থবক্কী মথৌ চঙলক্কিবা থুম্মোক শারে। মসিদসু নত্তনা লৌ খাওবদা চঙবা থাঙ্গোন্নচিংবসু শাখ্রে। অসুম্না নিওলিথিক্কী মতম অসিদা ঙসিদগী চহি ৪৫০০ লোমগী মমাঙগী মতম অদুৱাইদা মনিপুরদা থুম্মোক-তাইরুক শাবা হৌদোকখি।

থুম্মোক-তাইরুক শাবসিদগী খুৎনা শাবা পোৎলমশিংগী মায়কৈদা থবক লেপথোকখিবা তৌদ্রে। হায়রিবা নিলিথিক্কী মীওইশিংসি ঙাগী মথেলগী চিঙ্গাকসু চারক্কবা মীওইশিংনি। মখোয়না খা-নোংপোক থংবা এসিয়াগী নুঙগী চক্কী মতমদা লমদমসিগী মীওইনা লমদমসিগী মনুংদা চখোক-চৎশিন তৌবগী খোঙচৎ (Peoples movement in South-east Asia) য়াওরক্কবনি[৪০]। মরম অসিনা লমদমসিগী মী ফুরুপ অয়াম্বা সমুদ্রদা ফংবা পোৎলমশিংগী চিঙ্গাক চাবা হৈনরবা (Marine food habit) ঙাক্তনি। অদুগা অমরোমদা মখোয়না লৈরিবা চীঙ অমসুং মখোয়গী ঈশিং চাফম ওইবা তুরেল, হায়রিবা অনি অসি থোইনা লাপ্পদবা, তোয়না ঈশিং শোকপা চৎপদা ঙানা মোংলকপগী শউম ফংবদা ঙা ফাদুনা চাবগী ৱাখল্লোন লাক্লম্বা য়াই। মরমসিনা ঙা ফানবা থুম্মোক-তাইরুক্কী মখলগী ৱানা শাবা পোৎলমশিং লোংথ্রাই, লোং, কাউ, লূনচিংবা শাদুনা শীজিন্নরবা মতুংদা ঈল শাবগী ৱাখল অসি লাক্লম্বা য়াই। মতম অসিদা উমং-ৱামংদা হিরম অসিদা শীজিন্নবা য়াগদবা ম-শিং থিবগী থবকতা লম্লক্কী উ-ৱাশিংদগী ফংনবা পাখৎলম্লগনি। অসুম্না ম-শিং থিদুনা ঈল শাবগী থবক অসি চাওরাক্লা ঙসিদগী চহি ৪৪০০ মমাঙগী মতম অদুৱাইদা হৌদোক্লম্বা য়াই।

ঈল শাবগী থবকসিনা মায় পাক্লবসিদা ইকুই কুইনা মশাবু লৈতেংজবগী পুক্লীং ঈথিন্দা য়ুম্ফম ওইরগা কনাগুম্বা খুৎহৈবী নুপী অমগী থৌশীল-থৌরাংনা ফি শান্নবগী চান্নগদবা ম-শিং থিবগী থৌরম পায়খৎলম্লগনি। মদুনা ম-শিং অদু ফংলবদা ঈল শাবগী মওং অদুদা ময়ুং কাদুনা, মফেল ফেন্দুনা ঈন্দগী ময়ুং-মফেলগী লোনশিন-লৌশিন্নবা, লোন -শিন ফেনজিন্নবদু কুংশিন্নহল্লগা ফি শাবা হৌদোক্লম্বা য়াই। হায়রিবা ফি শাবগী ফিশা, খুৎশা-লাকশাগী ঈয়োং মখল অসি য়ুংনা লৈমায়দা মথক-মখা উয়ুং য়ুংদুনা শাবা মখলগী ঈলশা-ঈলওংগী য়োংখম,

ঈলব্রোং-ঈয়োংদা শারমগদবা মাল্লি [৪১]। ফি শাবা হৌদোকপগী মতম অসি চাওরাক্লা ঙসিদগী চহি ৪৩০০ রোমগী মমাঙগী মতম অদুব্রাইদা ওইবা য়াই।

মথক্তা পীজরিবা খুৎশা হৈবগী শীনফমশিংগী মরম অসিদা শ্রীকুমার সিংহনসু ওইবা য়াবগী ব্রাফম পনবিরম্মী। মদুদি [৪২]:-

.... The following inferances may be made for the corded ware people.

1. The cord must have been made of the fibre extracted probably from the wild plants.

2. Since they knew the twisting of strands of fibre it is very much likely that corded ware people might have acquired the knowledge of making cloth too as done by the Mao tribe (O.K. Singh, 1985: 491-92). But this inference is very weak and it requires confirmation with further evidences.

3. The corded ware culture site is being located near the water or river it is also probable that they catched fished with nets.

অসিনি। অদুবু ব্রাফম অমদি হায়রিবা মঁহে-মশিংশিংসিগী লৌশিংশিং অসি মীশিং অসিনা লোয়নরক্লবনি হায়বসিনি।

নোংপোক কৈথেলমানবীগী অনৌবা নুঙগী চক্কী মীওইশিং অসিগী লৈরোন অসি হেক হৌবদগী চেগায়শিং য়াওরিবসিনা তাক্লিবদি মীওইশিংসি হেক লৈবদগী হৌনা ফু-চফুশিং লোয়নরে হায়বসিনি। অদুগা মখোয় অসিগা মচৎ-মনাৎ মান্নবা মনাৎকী শক্তম অমা মমাঙদা মনিপুরদা ফংখিদ্রি। মরম অসিনা মখোয়না, মান্নবা মতমদা মান্নবা মনাৎশিং খেন্নবা মফমশিংদা তাঞ্জা চানরুদুনা হৌমিন্নরকপগী ব্রাফম ওইনা লৌবদি ফংলিবা মনাৎসিগী অমসুং মনিপুরগী মনাৎকী চত্থরক্লিবা পরিংনা অয়াবা পীদে। চফুশিংসি মীওইশিংসিনা লাকপা মতমদা পুশিল্লকপা মীরৈপাক্তা শাবা চফুশিংনি। মসিনা মনিপুরগী মনাৎকী ইতিহাসতা অহানবা চফু লোয়নবা/ শীজিন্নবা মীশিংগী মনাৎকী মহুৎশিনবনি। মখোয়না পুশিল্লক্লিবা ফুশিংদু মতম চুপ্পগী লেংদনা লৈরগদবা নত্তে। শীজিন্নবদা তেক্লক্তবা, কায়রক্তবা নত্রগা হন্থরক্তবা করিগুম্বা পোৎশক অমতা লৈতে। অদুবু মখোয়না পুরকপা ফুশিং অদুনা কায়থ্রবদা শীজিন্নবগী কান্নবা খঙলুরবনা ফুশিং অদু অমুক হন্না শাবা তাবনি। মখোয়না শারকপা মতম অসিদদি লৈতেংসু হাপ্পা তারকপনি অমসুং মদুগী খুদমদি হাপলিবা

লংশুং মমি অদুনি। অসুম্মা চফু শাবা মনিপুরদা হৌদোক্লকপা অসি থুম্মোক শারকপা অদুগী মতমগা খল্লাংননা চৎলম্বা য়াই। মরমদি অমনা নুপা শীনফম্মি অদুগা অমনা নুপী শীনফম্মি। অসুম্মা মীওইবনা খুৎশা হৈবগী থবক পায়খৎলকপসিদা মচঙ ওইবা মওংদা পীরিবা ব্বারোলদি [৪৩]

Craft developed on a par with land tillage and livestock breeding, The making of various objects by hand is called craft.

People became very skilled in making things out of stone; about 7000 years ago they learned to drill and grand stone.

Having notice that clay hardens in the fire, man began to mould and baked pots and other vessels. People began to make hearths out of clay and stone.

People wove baskets out of twigs and tree barks. This helped them to learn to make nets. and wave clothings out of wool and flax.

অসিনি। অসুম্মা ফুশা-ব্বানশাদুনা চহিগী লোক্লকপা মরু-মরাং অমসুং মহৈ মরোংশিংবু ফুদা হাপ্তুনা লীবদগী হেন্দোক্তুনা মহী ওইবা পোৎশিং হাপ্তুনা থম্বসু ঙম্লকখি।

নিওলিথিক্কী মীওইশিং অসিগী মরাং কায়না চিঞ্জাক ফংলিঁঙেদা খোমজিন-লোকশিল্পগা চিঞ্জাক থিবদা খুদোং চারক্তবা মতমশিং অমসুং অতাঙ পান্থা লাকপদা অমদি ফংলক্তবা মতমশিংদা চান্নবা লীশিন্দুনা থম্বা অমসুং শা-শননচিংবা লোয়বা অসিনচিংবা থৌওং-থৌদৌ অমসুং চেকশিন-থৌরাংশিং অসিনা তাক্লিবদি মখোয়দা য়াম্না লিরী-খোয়রীনা ঈংনা-তপ্না পানবা য়ুম্বানগী খুন্নাই মচা অমগী মমি তাই। মখোয়দা খুন্দা-লৈতাফম তোয়না হোংদবা, মরা তারবা মখুন-খুঙ্গং লৈবা পুন্সিগী মশক উবা ফংই। মসিনা লৌবুক, পামলৌনচিংবা লিংখৎপা অমসুং লৌউ-শীঙউবা হৌদোকপা অসিনচিংবা তৌরম্লগনি। মসিনা অমুক মখা তারকলিবনা অদুগুম্বা অরিবা মতমদুদা মখোয়বু য়াম্না মশীঙ হন্থহন্নবা লম্বীশিং - শাদানবদগী শানা শোকপা অমসুং লাইনা-তীন্নাগী শাফুশিং অদু খর মখৈদি ঙাকথোকপা ঙমলে হায়বসিনি। মসিনা হেন্না ফবা লন-থুমগী ফিবম শাগৎপদা নত্তনা হেন্না ব্বাংখৎপা পুন্সি মহিং অমসুং মখোয় লোইরবা খুঙ্গং-খুন্নাই মচা অমা লিংখৎপা ঙমলে হায়বদু উহল্লি। মরম অসিনদি মখোয়গী খুন্নাই অদুদা

চাকহোঙ -ঙাহোঙবা, খুঞ্জাও-লৈচাওবা অমসুং মখোয়গী ওইনা য়াইফ-নুংঙাইবা ফংজরে হায়বসিনি। মথক্কী ব্রাফমশিং অসিবু শৌগৎলিবা শ্রীকুমার সিংহনা পীরিবা ব্রারোলদি [৪৪] -

The cord-marked pots might have also used in storing food for the lean seasons, thus the corded ware people might have started a settled way of life, if not they lived in permanent village. And the settled way of life might led to some form of cultivation of plants.

অসিনি। মরম অসিনা মথক্কী ব্রাফমসিদগী মখা শমথরক্তুনা লৌখৎপা য়ারিবা ব্রারোয়-ব্রারেপশিংদি মখাদা উৎচরি :-

(১) মতমদুদা নোংপোক কৈথেলমানবীগী চীঙথক্তুদা য়ুমলিং-খুল্লিংলে, পামলৌ-পামথান্দুনা লৌউ-শীঙউবনা হিংনবগী অথোইবা শীনফম-শীম্থা ওইরে।

(২) নিওলিক্কী মীওইশিংদু মীশীঙ য়াম্না হান্নদগী হেনগক্তুনা শাগে, লুপ, ফুরুপ অমসুং কাংলুপ খায়দোক্তুনা পাল্লে, অপিকপা খুঙ্গং-খুন্নাই মচা অমা য়ৈখায়-থিনগায়বা লৈগনি অমসুং খুদোংথীবা লাক্লনি হায়বগী অকিবা লৈতনা লীংখৎলে।

(৩) লৈঙাক-খুনঙাকলোন্দা মরা চেৎলে। খুঙ্গং-খুন্নাই কাংলুপ (Tribe) অমদা লৈবা লৈঙাকলোনগী মশক অদু লৈবা হৌরক্লে। হায়রিবা মশকসিদি [৪৫]:-
Several clans living in one place made up a tribe. The entire tribe spoke one language and had similiar customs. The tribal affairs were run by a council of elders; the council distributed hunting ground, land for grazing livestock and for agriculture among the clans and settled quarrels between kinsmen. The elders enjoyed general respect, and the tribe obeyed their orders without fail. The elders would call a meeting of the whole tribe to dicide particularly important matters - অসিনি।

(৪) মান্নবা লীচিং অমগী মখাদা খুৎনা শুবা শীনশু-শীম্থাদা চঙশিনবা হৌদুনা লন-থুম, অপুনবা কাংলুপকী, ফুরুপকী অমসুং মশাগী শীজিন্নবা শাগৎপা ঙম্লক্লে।

(৫) মশাগী চুম্নগী লৈতেং-লৈথেৎকী মশাদা য়েকশিন-তৈশিনবা (Painting) অমসুং খোৎচিন-শংজিনবা (Tattooing) তৌবদগী হেন্দোক্তুনা ফি শীজিন্নবা হৌদোক্লম্বা য়াই। মমাঙগী মতম তাংককশিংদা মালং ফিজেৎনরম্বদু অশেংবা ফিজোন্না ফিজেৎনবা হৌদোক্লম্বা য়াই।

(৬) মনিপুরদা লীরুং-তেন শীজিন্নবা, ঙাফা-লাং শীজিন্নবা অমসুং য়ুম-কৈ শাবা অমদি শম্বল-লৈপন খাবা হৌদোক্লম্বা য়ারে।

(৭) চফু শারকপা অমসুং লেপ্তুনা শীজিন্নরকপা অসিনা অতেকপা, অহিংবা চারম্বদগী মৈদা লৌদুনা, ঙৌদুনা অমসুং থোংদুনা চিঞ্জাক চাবগী লম্বী ফাংপা হৌরক্লে।

নোংপোক কৈথেলমানবীগী অনৌবা নুঙগী চক্কী মীওই অসিগী লাইনীং লোনগী মরমদা পোমিৎ কাংননবা পোৎলম-চৈরম অমতা তশেংনা ফংদে হায়বা য়াই। অদুবু মীওইবনা শা ওইরিঁঙেদদি ব্রাখলগী থবক তৌবগী মথৌ ব্রাৎপনা থোইদোক্লা অকিবগী চাং কা হেন্না ফাওরমদবা য়াই। অদুবু অশিংবা মীওইবা (Homo sapiens) ওইরকপদগীদি ব্রাখলগী মথৌ হেঞ্জিল্লকপনা থাজবা কয়ামরুম পোক্লকখ্রবনি। মদুনা মীওইবদগী হেন্না মতীক-মঙম লৈবা মপাঙ্গল অমনা মহৌশা লাইরেম্বী অমসুং মহাক্কী মচাশিং পুন্নমক, মীওইবদগী হৌদুনা, ঙাক শোল্লিবনি হায়বা থাজবসিনা লাইনীং ওইনরম্বনি। অদুনা অচঙ-অহিং অমসুং অশি-অমন উরুবদগী থবাইদা থাজবা পোকহল্লকখি। মদুনা মালেমসিদা মাঙনাইদ্রবা মীওইবগী অফাবা তৌবা অমসুং মাঙনবা তৌবা, উঙমদবা, থবক্তিতৌরিবা কয়া লৈ হায়বগী থাজবা থোকহল্লকখি। নিওলিথিক্কী মতমসিদদি নোংপোক কৈথেলমানবীগী মীওইশিং অসিদা মখোয়না তৌরুরিবা পায়খৎলুরিবা পুন্সিগী ওইবা থবকশিং অসিদা মায় পাকপা পীনবা ঙম্বা অমসুং থবক্তুবু ঙাক-শেল্লিবা, উবা ঙমদ্রবা মপাঙ্গলগী মশক ওইবা অমমম লৈ হায়না থাজবা হৌরক্লম্বা য়াই। মসিনা মখোয়গী লাইনীংগী য়ুম্ফম ওইগনি।

## (২) ব্রাংঙু নাপচীক্কী নিওলিথিক্কী মী

নোংপোক কৈথেলমানবীগী নিওলিথিক্কী মীশিংগী মতমদগী চহি ১০০০ রোম চথরগা ঙসিদগী চহি ৩৪৫০ গী মমাঙদা ব্রাংঙু নাপচীক্কী মী অমসুং মহাক্কী মতমগী তমপাক্কী চীঙদোংশিংদা খুন্দা-লৈতাদুনা নত্রগা মতম খরগী শাইদাংফম ওইনা খুন্দাবা মীওইশিংনা মনিপুরগী নিওলিথিক্কী ময়ায় চনবা মতম তাংকক্কী মীওইশিংগী মীহুৎ ওইনা লেপ্লকলি। হায়রিবা মীওইশিংসি মনিপুর তমপাক্কী ঈম্ফাল তুরেলগী ঈশিং চাবা লমদমগী, তুরেলগী য়েৎথংবা তোর্ব্বানদা লৈবা চীঙদুম মচা অমগী চীঙথক্তা চহি ৩৫০০ রোমগী মমাঙগী মতমদা লৈফম শেমদুনা

পাল্লম্মী। মখোয়না চীঙদুম অসিগী মথক্তা লৈফম শেল্লন্নিবা অসি ঈশিং থুম্বগী অরাবা মায়য়োক্লদনবা অমসুং খোঙগং-খুৎকংনা হিংননবগী মিৎয়েংদা খুন্দা-লৈতাফম শেল্লম্বা মাল্লি। মসিনা মখা তানা ফোংদোক্লিবা ৱাফমদি হায়রিবা মীওইশিং অসি য়ুমলিং-খুল্লিংদুনা তং তারবা, লেংদনা লৈবা খুঙ্গং-লৈকায়দা পানবা হৈনরবা, পাল্লক্লবা অমসুং নপাচীকসিমক্তদসু মতমদুদা পাল্লম্লবা মীওইশিংনি হায়বসিনি। মীওইশিং অসি নোংপোক কৈথেলমানবীগী নিওলিথিক্কী মীওইশিংদগী য়াম্না হেন্না চাওখৎপগী থাক্তা কাখৎলবা মীওইশিংনি হায়বসি মখোয়গী ওইনা ফংলিবা পোৎলমশিং অসিগা নোংপোক কৈথেলমানবীগী মীওইশিংগী ওইনা ফংলিবা পোৎলমশিংগা চাংদম্নদুনা য়েংবদগী খঙবা ঙমই। মখোয়গী পোৎলমশিং অসিনা পুরিবা মচৎ-মনাৎ অমসুং লীচৎ-শাজৎশিংসি য়েংলুরগা খঙবা ঙম্লিবদি মখোয় অসি নোংপোক কৈথেলমনাবীগী মীওইশিং অদুগী মনাত্তগী শমথরক্লগা অসুম অসুম চাওখৎলক্লগা থাক অসিদা লেপ্পলকপা নত্তে; হায়রিবা মীওই মখল অনিসি মী ফুরুপ তিন্নদে, অমগা অমগা মরী লৈনদে হায়বসিনি। খুন্দা লৈতারম্লিবা মওং-মতৌ অসিনা ফোংদোক্লিবনা মখোয় অসি মনিপুরগী লমখৈ মনুংগী অতৈ মফমশিং ফাওদুনা লাকপা নত্তনা মফমশিংদুদা খুন্দা লৈতারুবদগী য়ুমহোং খুনহোংলকপা নত্তে, চুমদ্রিং ইম্ফাল তুরেলগী খোংলম ইন্দুনা য়েৎথংবা তোর্বান্দা খুনগারকপা মীওইশিংনি হায়বসিনি। মখোয়না নপাচীক্তা লাকপগী মরমসিদা মফমসিদা ফংলিবা পোৎলমগী মনাত্তগী শাগৎলক্তুনা ও:, কে:, সিংহনা পীবা ৱারোলদি [৪৭]:-

In the Lungshan stage, the upper level of which has been dated to the middle of the second millenun B.C., there was a significant population increase in North China and expanded towards South China (Chang, 1964, 370-73). Now it is also agreed that Mongoloids moved further south as far as Indonesia where they cross-breeded with the indigenous Australoids (Thong, P.,H., 1976; 27) ........

Hem Barua (1962: 46 ) quotes S.K. Chatterji's statement that ""Different branches of the great Sino-Tibetan speaking people which had their nidus near the head waters of Yang-tsze-kiang and the Hoang-Ho rivers to the west of China pushed south and west probably from 2000 B.C. onwards and tribes of these infiltrated into India.........."This folk movement concides with the expansion of the Lungshan Culture from North China. Thus it seems highly probable that a group of People from

the regions of South China equipped with fully ground and polished stone tools and corded tripod wares enter into Manipur following the courses of Irrawady river and its tributaries. Many schlolars are also of the opinion that the North-east Indian Neolithic culture had inspirations from South China and South-east Asia (Worman E.C. 1949: Wheeler M, 1959: 37: Sankalia H.D. 1974: 297: Allchin F.R. 1968: 70-72 and Sharma T.C. 1976 & 1981).

অসিনি। মরম অসিনা নাপচীক্কী চীঙদুম-চীঙথক্কী মীওইশিংসি মনিপুরদা নৌনা লাকপা, অৱাংথংবা চাইনাগী অনৌবা নুঙগী চক্কী মচৎ-মনাৎ পুদুনা খা থংবা চাইনা ফাওরগা ইরাবাতীগী খোংলম ইন্দুনা অপ্পর ম্যান্মার পাংলক্লগা চিন্দৱিন অমসুং ইম্ফাল তুরেলগী খোংলম ইন্দুনা লাকপা মীওইশিংনি।

নাপচীক্কী চীঙদুম-চীঙথক্কী মীওইশিংসি থাক অনিরক ওইনা খুনহোংলকপা মোঙ্গোলোইড কাংলুপকী ফুরুপ মখল অনিনা শাবনি। অহানবা থাক্কী মোঙ্গোলোইডশিংদু অষ্ট্রেলোইড, মী কাংলুপ অচৌবগী ফুরুপ অমগী ঈ, নোংশিৎ খর চঙবা মীওইশিং ওইরমগদবা মাল্লি অদুগা অকোনবা থাক্কী ফুরুপ অসিনা অৱাংথংবা মোঙ্গোলোইডকী ফুরুপ অমা মাল্লি। অকোনবা লাকপা ফুরুপসিনা হেন্না চাওখৎপা হেনবা অমসুং হেন্না খুৎকন-পাঙ্গনবা মাল্লি।

ৱাংঙু নাপচীক্কী চীঙদুম চীঙথক্কী মীওই মখল অনিসি, হৌরকফম-লাকফম তিন্নদবনা মচৎ-মনাৎসু তিন্নদে। অহানবা থাক্কী মীওইশিংসি খা-নোংপোক এসিয়াগী হোঅবিনহ্যান মচৎ-মনাৎ পুবা লমদমদগী লাক্লগা মফমসিদা পাল্লম্বা মাল্লি। মখোয় অসি ঙসিদগী চহি ৫০০০ রোমগী মমাঙগী মতম অদুৱাইদা খোঙহৌরকফমদগী লাক্লগা মচৎ-মনাৎ হোংদনা অতৈ লমদা লৈরম্বা মীওইশিংগা তোৎন-শম্নদনা মখোয়গী মনাৎকী মশক অদু ঙাক-শেন্দুনা শাংলবা মতমদু ফাওবা চঙ্খরকপা মাল্লি নত্রগা মখোয়, হোঅবিনহ্যান মনাৎ ইনবা মীওইশিং অসি খা-নোংপোক এসিয়াদা অনৌবা নুঙগী চক্কী অনৌবা মীওইশিংনা তাম্হোক্লকপদগী খুলহোংলক্লুনা মফমসিদা শাথুপলবা, শাইদাংফম লৌরম্বা মাল্লি। অকোনবগী মরমসিনা ওইবা তারবদি মখোয়সি খা-নোংপোক এসিয়াগী ময়োল ওইবা লমদমদা খুন্দাদবা, মতাই ওইবা লমদা খুন্দাবা, থেংনা মফমসিদা চহি ৪০০০ রোম মমাঙগী মতম অদুৱাইদা থুংলবা ওইরম্বসু য়াই। মখোয়গী মচৎ-মনাৎ, হিংনবগী শীনফম, হিংবগী পুন্সি খুৎহিংনচিংবদি নোংপোক কৈথেলমানবীগী

হোঅবিনহ্যানগী মচৎ-মনাৎ চৎপা মীওইশিংগী মথকতা পীজখ্রিবদুদা য়েংবিয়ু। মসিদা খর মখৈ খেন্নবা লৈগদৌরিবসি লৈরিবা লমগী অকোয়বগী ফিবম্না ঈশিং-নোংশিং অমসুং অইং-অশা ফিবম্না হোংহল্লকপা অদুশিংদু নত্তনা অতৈ থোইদোকপা লৈরোয় হায়না খঞ্জে। হায়রিবা হোঅবিনহ্যানগী মীওইশিংসিনা পুন্সি লমশাং চখরকপসিদা অনৌবা মতমগী য়াওন্না পুরক্নুনা মখোয়দগী হেন্না চাওখৎপা অমসুং মপাঙ্গল কনবা মী কাংবু অমনা মখোয়গী লৈফমদুদা লাক্লবদুদদি মখোয়না চেন্দুনা হিংলুরগে হায়না খন্নদুনা নত্রগা লান্দা মায়থিদুনা [৪৮], মখোয়গী লৈফমদা অনৌবা চঙলক্লিবা মীশিংদুগী খুন্নাইদা লুপশিনখিগদবা মাল্লি। মসিগী মতাং অসিদসু ও:, কে:, সিংহনা পীরি[৪৯] :-

.....It is quite likely that while a culture that the affinity to the Hoabinhian tool complex of South East Asia continued a full Neolithic culture equipped with ground and polished celts and handmade corded tripod ware which has affinity to the Chinese Neolithic culture arrived at Napachik around second millenium B.C.

ব্রাংগু নাপচীক্কী অনৌবা নুঙগী চক্কী মীওইশিং, অব্রাং থংবা চাইনাগী নিওলিথিক্কী মচৎ-মনাৎ পুবশিং অসি মী খুৎপু অমা লুচিংবা অমগী লমজিং মখাদা মফমসিদা থুংলবনি। থায়নঙৈদগী চৎনরকপা চৎনবীগী মতুংইন্না অসিগুম্বা লুচিংবা অসিনা খুল্লাকপা, খুনগী লৈঙাক্কী খ্বাইদগী মকোক থোংবা মী ওইনরকই। মহাক্কা লোয়ননা শাথেং-লানথেংনবা হৈবশিং অমসুং লৌশিং শিংবা খুঞ্জাগী অহলশিং, অফবা-ফত্তবা কয়া মমিৎনা উরক্লবা, থেংনদুনা খঙলক্লবা অমদি শীজিন্নদুনা হৈরক্লবশিংনা পাউদম-পাউতাক্নুনা অফ-ফত্ত খন্নরগা খুঙ্গং-খুন্নাইগী লৈঙাক-থৌদা তৌনৈ, খৎন-চৈনবগী ব্রায়েল, ব্রাতেম-ব্রাতাইনৈ। য়ুমথোঙগী খুঞ্জাশিংগী চঙদবা য়ারত্তবা মথৌ লাক্লবদা মখোয়না পাউ পীদুনা পুন্না থবক ইনখাঙ শুমীন্নৈ, পাংথোকমিন্নৈ। অদুগা খুঞ্জাশিংনসু মীশীঙ য়ামদ্রিবা খুন্নাই ওইবনিনা মখোয় অপুনবগী ওইবা থবকশিং অমসুং থৌদোক-ব্রাথোকশিংদু মরন্নাইগী ওইবা থবকশিং অমদি ব্রাথোকশিং ওইনা তৌনৈ অমসুং পাউ লৌনৈ। অসিগুম্বা চাইনাগী নিওলিথিক্কী অথেংবা মতমগী খুঙ্গং-খুন্নাই মচাগী লৈঙাকলোনগী থাক্তা নাপচিক্কী মীওইশিংদু হিংলম্মী।

মখোয়গী হিংননবগী মরুওইবা পাম্বৈ অমসুং শীনফমদি লৌউ-শীঙউবা ওইনা মখোয়গী পুক্রিং ব্রাখন্দা চুদুনা লাক্লবনি। অদুবু মরু-মরাং মখন্দা খর অহোংবা

লাকপসিনি, হায়বদি চাইনাদদি ঙসিদগী চহি ৩৫০০ গী মমাঙগী মতম য়ৌদ্রিবা ফাওবদি গেহু অমসুং চনান্না মরুওইবা মঁহে-মরোং লোক্লবা ওইবা[৫০] অদুগা খা-নোংপোক এসিয়াদা চাওরাক্না চহি ৮০০০ লোমগী মমাঙদগী ফৌনা মরু ওইবা মঁরে-মরোং ওইবা অমসুং মদু নোংপোক ভারত (বিহার, উরিষ্যা অমসুং নোংচুপ বঙ্গ) তা চহি ৪০০০ গী মমাঙগী মতমসিদা য়ৌবনিনা[৫১] হায়রিবা মতমসিদদি ফৌ পাম্বী থাদুনা মঁহে-মরোং লোকপবু লৌউবা হায়না খঙনরে। মরমসিনা মখোয়না হৈনরকপা লৌউ-শীঙউবগী মঁহে-মরোংনা ঈশিং-নোংশিংকী খোঙ্গং-খুৎকংবা মতমগী মঁহে-মরোং, ঈশিং লিকপা লমদমদা থানবনি অদুগা লমসিদা থানরিবা মঁহে-মরোংনা নোংজু-মঁহে-মরোং, ঈশিং মরাং কায়বা, ঈশিং-নোংশিং চোৎলি-চোৎলিবদা থানবনি। মরম অসিনা অহানবগী মতম তাংকক খরদদি লৌউ-শীঙউবদা মায় পাক্লমগদবা মান্দে। অদুগা অমুক ৱাংঙুগী লমদমসিনা ঈশিং ঈচাও নংগনবা অমসুং মতম অদুৱাইদা পাখী-কোমথী কুংনা লৈরম্বা য়াবনা নাপচীক্কী মীশিংসিনা নোংপোক কৈথেলমানবীগী মীশিংগুম লৌউ-শীঙউবনা মরুওইবা হিংনবগী মঁহে-মরোং থোকহন্নবা শীনফম ওইরমগনি হায়বসিদা থাজবা থম্বা ঙমদে। মখোয়না লম্লক-লমহাংনচিংবদগী পাম্বীগী, লম উচেকশিংগী, খোইনচিংবগী চিঞ্জাক লোকপা, খোম্বা অমসুং চীঙ মান্দা শাদানবা অসিনচিংবসিসু থাদোকপা য়ারমগনি হায়বা থাজদে। অদুগা অমুক মখোয় অসি ঈশিংগী পাম্বীশিংগী চাবা য়াবা পোত্থোকশিং হৈকক (Water chestnut), ঈশিং কম্বোং, কাউথুম, কাউখানচিংবা চাবা হৈরমগদ্রা হৈরমলোইদ্রা হায়বসু তশেংনা খঙবা ঙমদে। অদুবু খা-নোংচুপ থংবা চাইনাদা মাক্যুইস ওফ টাই (Marquish of Tai, Chou-ko-Liang A.D. 181-234) গী মতম অদুৱাইদদি থম্বৌ (Lotus root) চারে[৫২]। মরম অসিনা মখোয়না মখোয়গী মরাইবক্লা পুরকপা মফম অসিগী মহৌশা লাইরেম্বীগী পোত্থোকশিং অমসুং মতমদুগী চৎনরিবা লৌউ মউ অদুগী পোত্থোক্ত মশা হিংবগা চাননবা, চুশিন্ননবা হোৎনরমগনি। অসুম্না মখোয়না চোৎপা লৌবুক্কী (Wet paddy field) লৌউদা ফৌ পাম্বী থাবা হৌরমগনি। অদুগা মখোয়গী লৈফমসিনা তুরেলগী তোর্ব্বান্দা তাবা অমসুং তুরেলগী ঈশিং চাবা মফম ওইবনিনা মখোয়সু নোংপোক কৈথেলমানবীগী মখোয়গী মচীন-মন্নাউশিংগুম ঙা ফাদুনা চাবা অমসুং চরা নোংখন্নবসি তৌরমগনি। অসুম্না মখোয়দা লৌউ-শীঙউদুনা লন-থুম তানবা (Agricultural economy) খুঙ্গং-খুন্নাই মচা অমা ওইহল্লমগদবা মাল্লি।

# মনিপুরগী নুঙগী চক্লা লৈরম্বা মীশিং

নাপচীক্কী মীওইশিংসিগী খুৎশা হৈবগী হিরমসিদা মখোয়দা লৈরিবা মঁহে-মশিংগী লৌশিং অসিগী মঁহে অমসুং পোখোক নোংপোক কৈথেলমানবীগী খুৎশা হৈবগী পোখোকশিংগা মান্নে। মখোয়না খুৎ থারিবা শীনফমশিংদি নুঙগী অমসুং উ-ব্রাগী খুৎশু-খুৎলায় শাবা, থুম্মোক-তাইরুক শাবা, ফুশা-ব্রানশাবা, ঈনশা-লাংশাবা, লোং-লোংথ্রাই শাবা, কাউ-লূ শাবা, ফিশা-লোনশা অমসুং পোং-হি শাবা অসিনি। মখোয়গী খুৎশা হৈবগী শীনফমসিংসিগী চাওরাকপা খর মখাদা উৎচরি -

(১) নুঙগী অমসুং উ-ব্রাগী খুৎশু-খুৎলায় শাবা

হায়রিবা শীনফমসিগী মঁহে-মশিংশিংসি মখোয়গী খোঙহৌরকফম লমদগী লোয়নদুনা লাক্রবনি। মখোনা মনিপুরদা তৌরমগদবা হায়ববু শাননবা মচাক-পোৎচাক থিবগী থবক্তনি। অদুগা মখোয়না মনিপুরদদি নুঙগী খুৎশু-খুৎলায়শিংদি শারমগনি হায়বসিদি থাজবা ব্রাৎলি। অদুবু মখোয়না নুঙগী ঈল্লীক (Net sinker) অসিদি মথৌ তারকপনা মরম অমসুং থবক ওইরক্তুনা শারম্বা য়াই। অতৈ খুৎলাইশিংসিদি মখোয়না লাকপদা পুরকপা নত্রগা লম্বিদা শরাগা পুশিল্লকপা মাল্লি। মরমদি লমদমসিগী অহানবা লৈ-তৌ চাংয়েং তৌদুনা অরিবা পোখিবদা ফংখিবা নুঙগী খুশু-খুৎলায়শিংগী মরমদা লৈ-তৌবগী লমজিং-লমতাকপা ও:, কে:, সিংহনা চাংদম-পাদম্নবগী ব্রারোল পীরিবসি য়েংলুরগা মপান্দগী পুশিল্লকপা মাল্লি[৩]। অদুগা খুৎশু-খুৎলায় নত্তবদা ফংলিবা নুঙগী পোৎলমশিং:-

i) Nine crystalised quartz pieces

ii) A small piece of reddish sand stone

অসি মনিপুরদা খর তাংনা থোকই। মরম অসিনা মখোয়না নুঙগী খুৎলায়বুদি উ-ব্রা নত্রগা ব্রা-নুঙগী খুৎলায়না হেন্না শীজিন্নরম্নগদ্রা খঁজে। অদুগা নিওলিথিক্কী খুৎলায়শিংসি শাবগী খুৎশাদা ককথৎপা-থদৎপা (Chipping), থুগায়বা-য়ৈখায়বা (peeking) অমসুং তকখায়বা-খোৎকায়বা (grinding) গী মখাদা শাখিবনা খুৎলায় অমতনা থবক য়াম্না শীজিন্নবা য়াই। হায়রিবা মগুনশিংসি নাপচীক্কী খুৎলায়শিংসিদা চেল্লি। অদুগা অনিশুবা লৈ-তৌদুনা থি-হুম্বগী মতমদদি লৈ-তৌ খুৎলায় মখল নত্রগা চীথেক অহুম নাইবা হাঙমৈ খুদোং (Hoe-type or triangular adze) হায়বসিনা লৌউ-শীঙউবগী খুদম অমসুং নুঙগী ইল্লীক (Stone net sinker)

য়াওবসিনা ঙা ফাবগী খুদম ফংই। অদুগা অপাবা নুঙচেৎ (flake)ময়াম য়াওরিবসিনা উগী-ব্রাগী খুৎলায়শিংদা মচীন হাপ্পবা-পান্নবা ওইবসু য়াই। মরমদি মখোয়গী মতমসিদা উগী-চৈতুপ, ব্রাখোক, চৈশাংনচিংবা শাবদগী হেন্দুনা লম্বু, তা, পৌ, লীরুং, তেঁঙ্গেনচিংবা খুৎশু-খুৎলায়শিং শারম্বা য়াই। মচীন মৈ মূদুনা কনশীনহনবসি তোয়না তৌরম্বা য়াবগী খুদমদি মঙাশুবা লৈরোন্দা Eupatorium canniabum গী মৈতান মচেৎ অমা ফংলিসিনা, মৈ শীজিন্নরম্বগী খুদমসু ওইবদুনা য়াই।

### (২) থুম্মোক-তাইরুক শাবা:-

শীনফমসিগী লৌশিংসু মশাদা লোয়নরক্রবনি। নোংপোক কৈথেলমানবীগী ময়াম্বশিংনা ঙন্না লাকপদগী মখোয়না মনিপুরগী ওইনা হৌদোকপা শকখিবগী ব্রাফমদনি। নোংপোক কৈথেলমনাবীগীদুদা য়েংবিয়ু।

### (৩) ফুশা- ব্রানশাবা:-

শীনফম অসিগী মঁহে-মশিং অসিসু মখোয়গী খোঙহৌরকফম মফমদগী মখোয়গা শাগোন্নরক্রবনি হায়বসি শ্রীওঃ,কেঃ, সিংহগী নৈনরোল অসিদগী খঙবিবা ঙমবিগনি। অদুনা নৈনরোল অদুগী মশক উৎচরি[৫৪]-

The potsherds collected from the Napachik site are all handmade, ranging from medium to thin in thickness and baked in low temperature. The presence of exceptionally very thin potsherds and also cord-mark decoration suggests that the wares might be constructed by anvil and beating method with great care.... The colour of the wares is predominently reddish brown: the other colours - grey, whitist and dark-grey are few. Pottry with legs (Fig. 3 Nos 2 & 6) from Napachik are very much comparable with those found in Neolithic culture of China (Cheng, 1966: 14-38). But no painted ware is found at Napachik. The painted pottery is absent in the earliest phase of the Yang-Shao culture found in Li-Chia-tsun site in Shensi Province, China. The artifacts of the Li-chia-tsun site include cord-marked pottery, stone axe, adzes, spades, chis-els, sinkers and millstone (Ho Ping-Ti, 1977: 432). Li-Chia-tsun type of pottery is found in the stratum laying immediately beneath the charac-teristic Yang-shao painted pottery stratum (Hsia, Su as referred by Ho Ping - Ti, Ibid).

অসিনি। অদুগা মফমসিদগী ফংলিবা চেগায়শিংসি অয়াম্বনা ফুশাবগী চফুগী মমায়দা তৈবা অঙৌবা মচুগী পারবা হীদাক (Slip) তৈ হায়না পীরি ⁶⁶। মনিপুরদা হৌজিক ফাওবা ফুশারিবসিদা হীদাক অসি শীজিন্নদে। মরম অসিনা নাপচীক্তা ফংলিবা চেগায়শিংসিগী মশা, ফুশিংদু মনিপুরদা/নাপচীক্তা শাবা মান্দে। মীশিংদুনা লাকপদা পুরকপা-লোয়নরকপা মাল্লি। অদুগা ৱাফম অমনা ফু হায়বসি শীজিন্নবদা কায়রকপা অমসুং য়াম্নসু কায়গনবা পোৎশক অমনি। মরম অসিনা মখোয়না অহানবা পুরকপা ফুশিংদু চহি ১০/২০ গী মতুংদা কায়খিগনি, কায়দনা অসুম চহি ১০০ লৈগনি হায়বগী ৱাফমসিমসু লানগনি। মখোয়দি পোৎশক অসি শীজিন্নবগী খুদোংচাবা অমসুং কান্নবদুদি খঙখ্রবনি। অদুগা মীশিং অসি, মসি শাবগী মহৈদুসু হৈরিবনি অমসুং শানবা পোৎচাকসু য়াম্না থাপ্না, তাঙনা অমসুং ৱানা ফংবা নত্রগা শুপফং ফংদবা পোৎলমসু নত্তে। মরমশিং অসিনদি হায়রিবা ফুশা-ৱানশাবগী থবক অসি মতম চঙলবসু চঙনা পায়খৎলম্বা তাবনি। অদুনদি নাপচীক্কী মীশিং অসি ফুশা-ৱানশাবগী থবক শীনফমসিসু তৌরম্মী। মখোয়না ফুমায়দা তৈনবা হীদাক্সু শেম্বা হৈরম্মী, শেম্লম্মী। অদুনা ফুমায়দা হীদাকসু তৈরম্মী হায়দুনা লৌবা তাই। অদুগা ফুমায়দা হীদাক তৈদবা চেগায়শিংসু য়াওরি। মরম অসিনা মখোয়না স্লিপ তৈবা অমসুং তৈদবা চফু মখল অনিমক শাদুনা শীজিন্নরম্মী।

ফুশা-ৱানশাবগী হৈ-শিংবা অমসুং খুৎহৈবগী থাক্তা য়েংলুরবদি নাপচীক্কী মীওইশিংসিনা ফু শাবা হৌদোকখিবা নোংপোক কৈথেলমানবীগী মীওইশিংদগী য়াম্না থাক হেল্লি। মসিগী খেন্নরিবা থাক অসি ফুগী ফু-শাদা থোক্লিবা ময়েক্তা নত্তে। থোক্লিবা ময়েকশিংদুদি লংশুং মমি তাহন্নবদা খন্নাংনবা, কারন চৎনবা, ফৈজেনবা লৈয়ি মওংশিংদা নমদুনা, য়ৈদুনা হকপা মালহন্দুনা তাহনবা ঙাক্তনি। অদুগা মরু ওইনা খেন্নরিবসি ফুগী ফুখোঙ খোঙনাইবা অমসুং খোঙনাইদবগী হিরমসিদনি। নোংপোক কৈথেলমানবীগী ফুশিং অদুদি অয়াম্বনা খোঙনাইদবা ওইরম্বা য়াই, করিগুম্বদা খোঙনাইরম্লবসু কোয়না খোঙজী শানা (Ringed stand) খোঙনাইবা ওইবগী ৱাখল, ফংলিবা ফুচেৎ-ফুকায়শিং অসিদগী খঙবা ঙমই। অদুবু ৱাংঙু নাপচীক্তা ফংলিবা ফুচেৎ-ফুকায়, চেগায়শিংগী মরক্তা য়াওরিবা নাকল অমরোমদা মতোন হুইথবা, লৈপাক্লা শারগা মৈ য়ীকপা, শাংনা মতুম তাশিনবশিং অসিদগী খঙলিবদি মখোয়শিংসি ফুখোঙ ওইনা শীজিন্নরম্বা খুৎশাশিংনি। মসিনা মখা তানা খঙহল্লিবদি নাপচীক্কী মীওইশিং অসিগী ফুশিং অসি অয়াম্বনা চাইনা

অমসুং খা-নোংপোক এসিয়াদা ফংলিবা য়োংশবীগুম মখোঙ, অশাংবা, মতুম তাবা মচৈনা মখোঙ অহুম খোঙনাইবা ফু (Tripod ware) শিং, অমুকসু, ফুশাদা লংশুং মমিগী ময়েক থোকহনবা ফুশিংনা অয়াম্বা ওইরম্বা য়াই হায়বসিনি। অসুম্না মখোঙ অহুম খোঙনাইবগী মনাৎ অসিনা হিংবগী কাইদা অমসুং খুৎহিং-লাকহিংদা হকশেনগী ৱাখল্লোন অমসুং লৈতেং-লৈথেৎ হাপ্পগী মনাত্তা থাক-ৱাংবা হেল্লি অমসুং খুৎহৈবগী, শীনশুবগী থাক্সু ৱাংবা হেল্লি হায়বশিংদু ময়েক শেংনা খঙহল্লি।

(৩) ঈলশা-লাংশাবা:-

হায়রিবা ঈলশা-লাংশাবগী মহৈ-মশিং অসিসু হান্নদগী মশাদা লোয়নরক্লবনি। অদুগীসু মথক্তা, লৌউ-শীঙউবা অমসুং লম্লক্তগী চিঙ্গাক খোম্বা-লোকপদা মথৌ চঙলকপনা থুম্মোক-তাইরুক শাবগী লৌশিং অমসু হান্না তৌরুরবনা, ঈলশা-লাংশাবা অসিগী লমজিং-লমতাক্লবা লৌশিংসু ফংখ্রবনি। মরম অসিনা উগী-ৱাগী কাউ-লূ, লোং-লোংথ্রাইনচিংবা শারবা মতুংদা লম্লক্কী পাম্বীশিংদগী শীজিন্নবা য়াগদবা ম-শিং নত্রগা মফোল থিরুদুনা নত্রগা হান্ননা ফুশাবগী লংশুং তা-বদা লৌথিবা ম-শিংদু লৌরুদুনা লংশুংদু চুম্না মফৈদা থম্লগা তাশিল্লম্বদগী থুম্মোক শাবগী ময়ুং-মফেল কাবা, ফেনবগী খুৎয়েৎশিন্না-খুৎলৌশিন্নদু লৌদুনা লংজা-লংশুং-লংলী মশেল ফানহন-পুন্নহন্দুনা ঈল শারম্বা য়াই। মসিদসু লৈমায়দা য়ুংনা লংগী ময়ুংনা শন্দোক্লগা লৈমায়গা খন্ত্রাংননা মফেলগী লংলী ফেনবা, লেপ্লগা শাবা ঈয়োং মখলদুদা অদুম শারম্বা য়ারি। মরমদি মনিপুরদা চঙলক্লিবা খ্বাঙগী ঈয়োং (Loin-loom) অসিদি ব্রহ্মাপুত্র তম্পাকতগীনা ইন্দোনেসিয়া ফাওবগী লমদমশিংদা কোন্না চৎনরকপনি। অসুম্না ঈল শাদুনা শীজিন্নরে হায়বসিদি নাপচীক্তা অনিশুবা লৈ-তৌদুনা থিজিন-হুমজিনবা চথবদা নুঙগী ঈল্লীক য়াওরিবসিনা[৫৭] খুদম চাংদম ওইরি। অদুগা ঈল শাবসিনা মীওইশিং অসিগী লন-থুমগী ফিবম (Economic condition) দা কংফানগী মহৌশাগী পোৎথোক্তগী হেন্দুনা ঈশিংগী ঙাগী পোত্থোক অমসুং চিঙ্গাক্কী মথেলদা হেনগৎহল্লি হায়বসি ফোংদোকই।

(৪) লোং-লোংথ্রাই শাবা :-

শীনফম অসি থুম্মোক-তাইরুক শাবগী মশানি। শারিবনা নুপীগী লোং অমসুং নুপাগী লোংথ্রাইনি। ঙাগী চিঙ্গাক মথেল হেনগৎহন্নবনি। মসি, কাউ অমসুং লু শারবা মতুংদা শারম্বা য়াই।

**(৫) কাউ-লু শাবা** -লোং-লোংথ্রাই শাবগা মান্নে।

**(৬) ফিশা-লোনশাবা:-**

শীনফম অসি থুম্মোক-তাইরুক শাবদগী শমথরকপা ঈলশা-লাংশাবদগী অমুক মখা শমথরকপা শীল্লমনি। নোংপোক কৈথেলমানবীগীদা য়েংবিয়ু। অদুগা খণ্ডজিনবিগদবা অমনা অব্রাং থংবা চাইনাদগী লাক্লিবা মখোয়না নাপচীক্ত থুংলবা মতমসিগী চহি ৫০০ রোম হেন্বগী মতুংগী মতমদা সেরিকলচরদা চাইনাগী মীশিং শীজিন্নরক্লগনি হায়বসিমনি[৫৮]। মুগা (সিল্ক: Silk) গী লং, চাইনাদা শীজিন্নরকপা হায়বসি লংজম নত্রগা লশিং-লং শীজিন্নবা ওক্লদুনা হেন্না ফবা, হেন্না নানবা অমসুং হেন্না ফজবা ম-শিং থিরকপদগী শীজিন্নরকপনি। মরমসিনা নাপচীক্ত লাক্লিবা মীশিং অসিনা চাইনামক্তগী লাক্লম্বা ওইরম্লবদি মশাবু চুম্নগী লৈতেংবা অমসুং ঈকাইবা ঙাক্লবগী ফি শীজিন্নবগী থাক্কী মথক্ত অকে-অমৌগী মহাও হাইরপ খঙলবা মীওইশিংনি হায়বদা লাল্লরোয়। মনিপুরদা নুমিৎ থোক্ত্রিঙৈগী মতমসিদা চাইনাদদি নুমিৎ মাঙ্গোল ময়ায় য়ৌখ্রবনি। মরম অসিনা ব্রাংঙু নাপচীক্কী মীওইশিংসি মায়গৈনা ফিজেৎনরমগনি থাজদে। কবোলং/মুগালংগী ফিমক ফংলমদ্রগসু লংজম ফিদি শীজিন্নরম্লগনি। মসিনা মখা শমথরক্লিবদি ফিশা-লোনশাগী থবকসিদা হান্না লৈরম্বা থাক্তগী হেন্না ব্রাংখৎলে। মদুনা খুন্নাইগী নুপী শীনফমদা ফিশা-লোনশাগী অথোইবা মফম ফংলে হায়বসিনি। মতমসিদা খ্বাঙগী ঈয়োং য়ৌরক্লম্লগদ্রা, য়ৌরক্লমলোইদ্রা, খঙবা ঙমদে৷

**(৭) পোং-হি শাবা: -**

মালেমসিগী ওইনা পোং শাবা হৌদোকখিবসি ঙসিদগী চহি ১৩,০০০ লোমগী মমাঙগী মতমগী ঙকয়াদনি। মসিগী মতাংদা পীরিবা ব্রারোলদি [৫৯] -

**About 13,000 years ago it grew warmer. The glacier slowly melted and retreated north. The land become overgrown by forests and strubbery. Animal used to the cold went north. The mammoth became extinct,**

**Some people followed the animals, Rivers and lakes did not stop them. People made first boats-rafts consisting of two or three logs bound together. They began to hollow out tree trunks and use them as boat.**

অসিনি। নাপচীক্কী মীওইশিং অসিনা মনিপুর তানা লাকপসিদা তুরেলগী ঈপাক কয়ানা মখোয়গী লম্বী থৎখ্রবনি। অদুবু মখোয়শিংদু লাম্থোক্তুনা নাপচীকসিদা থুংলরিবনি। মখোয়দসু নত্তনা নুঙগী চক্কীসিগী মমাঙগী চক অনিগী মীশিং অমসুং মখোয়গী ময়াম্বা নোংপোক কৈথেল মানবীগী মীশিং অসিসুনি। অদুবু মমাঙগী চক অনিগী মীওইশিংদি পোৎ-চৈ য়াম্না লোয়নরকপগী খুদম ফংদে। অদুনদি নিওলিথিক্কী মীশিং অসিদি পোৎ য়াওনা য়াওনা ঈরাল্লকপগী ৱাফমদা লৈরে। অদুগা মখোয়সি অথেনবা, লানবা য়াবা মপা খন্দুনা লানবগী মহুত্তা, পোং শাবগী মহৈ-মশিংসি ফংলম্লগনি, পোং শারগা লাল্লমগনি হায়না থাঁজে। মরম অসিনা ৱাংঙু নাপচীক্কী মীওইশিংসিনা ঙা ফাননবা অমসুং লম্বীদা লাম্থোক-লানশিন তৌননবা পোং শারগা শীজিন্নরম্বা য়াই। মসি, শাদানবদগী ঙা ফাবনা হেন্না শদোংগী চিঞ্জাক্কী মথেল ফংবদগী ওইরম্বা য়াই। মরমদি শাদানবদগীদি ঙা ফাবনা লায়বা, পাঙ্গল চঙদবা, মতম চঙদবা অমসুং খুদোংথীবা নংদবা হেল্লি। পোং শারবদি হি শারকপগী থবকসি উগী মবুক হন্দোকপা অসিদং খল্লগা য়াগনি খঞ্জে।

কৈথেলমানবী অমসুং নাপচীক্কী মীওই মখল অনিসিনা পায়খৎলকপা থবক-থৌরমশিং অমসুং লৈরম্লিবা মখোয়গী পোৎলমশিংগী মওং-মতৌনা মী ফুরুপ অমগা অমগা মফম অমতদা শিল্লোন-শিঞ্জিন তৌনবগী ফিবমশিংনা তারক্লিবা ৱাফমদি য়ুমহোং তোয়দবা, মফম অমতদা লেংদনা লৈবা খুন লিংলে হায়বসিনি। অদুগা মখোয়দি মীওইবগী খ্বাইদগী ইহান হানবা, মহৌশা লাইরেম্বীনা শাবিরম্বা য়ুম, চীঙলৈখুনদা[৬০] লৈতে। মখোয়দি অহাঙবা চীঙদোন-চীঙয়াঙদা লৈ। মখোয়না মফমদুদা লৈনা লৈনা মহৌশানা ওৎনৈবা অমসুং নোংজু-নুংশা, নোংখাক-লেনহৈ, উনহী-উনখানচিংবদগী মশাবু, মহাক্কী ঈমুং-মনুংবু কনবা তাবনি। মসিনা মখোয়গী ৱাখন্দা ফাওহল্লিবদি মখোয়না উনা-ৱানা ময়ুম-লৈফম শাবা হৈ, শাই হায়বনি। মীওইবনা অশিংবা-মী Homo sapiens) ওইদ্রিঙৈ, মৈ শীজিন্নবা হৈরকপদগী খরদমক থেংথরগা ময়ুম শাদুনা লৈবা হৌখ্রবনি[৬১]। মখোয়না অহানবা শাখিবা য়ুম অদুদি খোই মহুমগুম্না তৌই। মদুগী মরমদা চাওরাক্না পীরিবদি[৬২]-

Ancient Hunters' Home: It was built of poles, bones and antlers covered with skins; people lived in such huts in the places where there were no caves,

অসিনি। অদুবু মনিপুরগী মীশিং অসিনা শাগদৌরিবসিদি হায়রিবা মতমসিদগী চহি ৪৪,০০০ রোমগী মতুংগী মতমদনি। অদুগা শাগদৌরিবা য়ুম্না য়ুমহোং-কৈহোংদবগী খর কুইনা লৈবা য়াবা য়ুমনি। অদুনদি মখোয়না শারমগদৌরিবসি খা-নোংপোক এসিয়াগী য়ুম-শাদা, চীঙদা নোংশিংনা পাক হুমদোকপা ঙমলোয়দবা য়ুমওংগী শঙ মওংদা শারম্লগনি। মসি চীথেক মরী নাইবদা ময়ুংনা শাংবা য়ুমফমদা চীথেক অহুম নাইবা ফকলাংগী তুমখৎপা মতোন্না য়ুমথক্কী য়াঙলেনগী চীথেক অহুম নাইবগী মতোন তুমখৎপদু য়ৌবা, নাকল অনিদা য়ুমথক্না চোঙ্খরক্তুনা লৈপাক/য়ুম্ফম য়ৌবা (Rectangular form with a gable) [৬৩] হায়বা মখলসি ওইরম্বা য়াই। অদুবু মসি ওইরম্লগনি হায়বসিগী অরেপ্পদি পীবা ঙমজদে।

ব্রাংঙু নাপচীক্কী মীওইশিং অসি নোংপোক কৈথেলমানবীগী মীওইশিংগুম্না চিঞ্জাক হোঙলীঙৈদা লীশিনবগী মনাৎ অসি লৈরে হায়বসি মখোয়গী হকশেলগী ব্রারোল শাগোন্নরিবা চফু খোঙনাইবশিং অসিদগী খঙবা ঙমই। মখোয়না মহৈ-মরোং কংহন্দুনা লীবা অসিদা নত্তনা মহী ওইবা পোৎলমশিংসু লীশিন্দুনা থম্লম্বা য়াবগী চেৎনা থাজবা লৈ। মখোয়না চিঞ্জাক্কীদমক্তা "শা-শল য়োকপা" অসিগী খুদম ওইবা য়াবা শরূ-শয়াঙগী অরেম্বা মচেৎ অমা ফাওবা ফংদ্রবসু মসি মমাঙদগী চৎনরক্লবা লীচৎ ওইবনা মসিদা থাজবা থমই। অদুগা মখোয়গী মতমসিদগী খর ঙনখৎলগা নত্রগা মতমসিদা য়ুমদা য়ুম-উচেক য়োকপা অমসুং লোয়বগী মনাৎ অসিসু মালেমসিগী মফম অতৈদা হৌদোক্লখিবগী[৬৪] মহৈ ওইনা অমসুং মদুগী থেংনা শিৎলকপা নোংশিৎকী শাহুম/শউম ওইনা মনিপুরদসু হৌদোক্লম্বা য়াই। অদুনা নাপচীক্কী মীওইশিংসিসু য়ুম-উচেক লোইরম্বা য়াবগী থাজবা থমজে। মরমদি মদু, মখোয়না মখোয়গী খোঙ হৌরকফমদগী খঙলক-উরক্লম্বা য়াই।

নাপচীক্কী মীওইশিং অসি মশাগী মকে শেম্বদা নোংপোক কৈথেলমানবীগী মীওইশিংদগী তাথরম্বগী মহুত্তা হেনগৎলমগদবনি হায়না থাজে। ফিশা-লোনশাগী মতাংদা পঞ্জখিবদুনি। অদুবু মখোয়সি মশাদা য়েকশিন-তৈশিনবা অমসুং খোৎচিন-শংজিনবা শোয়দনা তৌরম্লগনি হায়বসিদি মখোয়গী চফুশিংগী লৈমায়, মমায়দা ফুশা-হীদাক স্লিপ (Slip) তৈরিবা অসিনা ময়েক লারনা খুদম্মি। চফু ফাওবদা লৈতেংবিরবসিনদি মশাগী হান্না খনবা মীওইবনা মশাগী হকচাংদা লৈতেং শেম্লম্লোই হায়বগী চাংদমনীংঙাই লৈতে। অমরোমদা অমুক, মখোয়সি নীংথীনা ফি শারবা, ফি শেৎলবা লমদমগী মী ওইনা মশাবু অঙ্গঙ-অশাদগী কন্নবা ফি

শীজিন্নবদগীদি মশাগী লৈতেং ওইনা অউবা মীগী মিৎয়েং চিংশিন্নবা ফি শীজিন্নবসিনা চাং হেল্লমগনি হায়না থাজজে। হায়রিবশিংসিদগী অমুক হেনবা অমনা ক্বার্টজ (Quartz) গী লীক্লাই মচেৎ মাপল (অহানবা লৈ-তৌ চাংয়েংদা ফংখিবা) অদুগী মরমদা শ্রীও:কে: সিংহনা হায়রিবদি [৬৫]:-

.... Besides a few small crystalized quartz are also found in the excavation. The tiny scars at the tip of some of the crystals indicate probability of using these quartz crystals as scrapers or in making grooves. This is yet to be confirmed by further work.

অসিনি। অদুবু অনিরক শুবা লৈ-তৌদুনা থিজিনবগী থবক পায়খৎপদুদসু হায়রিবা পোৎলমগী মথেল অসি মরাং কায়না ফংই [৬৬]। অদুনদি মসিগুম্বা পোৎলমসিদি লৈতেং-লৈথেৎকী ওইনা অয়াম্বা মতমদা শীজিন্নগনবনা পরেং লেংনবা মখুন হুৎলমদ্রবসু করিগুম্বা মওং অমদা লৈতেংগী মথেলগী মখল ওইনা শীজিন্নরম্বসু য়াই। ফৌ পরেং লেংবগুম লংগী পাম্বৈতনা পরেং লেংলম্বসু য়াই।

নাপচীক্কী অনৌবা নুঙগী চক্কী মীওইশিং অসিগী লাইনীংলোনগী ব্রাফম অসিগা মরী লৈনবা করিগুম্বা পোৎলম অমতা ফংদে। অদুবু মীওইবা হায়বা জাতিসিনা হেক ব্রাখল খনবা ঙম্বগী থোপগী মথৌসি লাকপদগী মীওইবগী লাইনীংসি লৈরে হায়না লৌনবা য়ারবনি। মখোয়দা মখোয়গী অশোনবা, অকিবা হায়বসিনা লাইনীং হায়বসি পীরিবনি। অদুবু মীওইবনা শিংলক-শিংলক্লগা, ব্রাখল খন্থবগী চাং হেনগৎ-হেনগৎলক্লগা লাইনীং অমসুং লাইনীংলোনগী চাওখৎলকপসি অশুম অশুম হেনগৎলকই। মরম অসিনা নিওলিথিক্কী থাক অসি য়ৌরকপদদি অফবা লাই অমসুং ফত্তবা লাই খর মীওইবগী ব্রাখন্দগী মপান্দা থোক্লখ্রবনি। অদুবু মতম অসি ফাওবদা মমাঙঙৈগী অরিবা মতমদুদগী হৌরগা থব্রাইবু থাজরকপা অদুদি হোংদনা অদুম লৈরি। অসুম্না লিওলিথিক্কী মতমসিদা এনিমিজম, স্পিরিট ৱোর্সিপ অমসুং সুপরষ্ট্রিসন (Animism, spirit-worship and superstition) হায়রিবা লাইনীংশিংসিনা চক অসিগী লাইনীংগী মশক ওইনা লেপ্লি।

## (৩) ফুনান-চীঙগী নিওলিথিক্কী মী

ফুনান-চীঙগী নিওলিথিক্কী মীশিং অসিগী ওইবা য়াবা মতম অমতা ঙসি ফাওবদা কনা অমতনা পীনদ্রি। অদুবু মফমদুদা ফংখিবা পোৎলম-পোৎশকশিংগী পুরিবা মচৎ-মনাৎকী লীচৎ-শাজৎশিং অমসুং মওং-মতৌশিং য়েংলুরগদি নাপচীক্কী মচৎ-মনাত্তগী হেন্না চাওখৎনা উবা ফংই। অদুনা হায়রিবা ফুনানগী

# মনিপুরগী নুংগী চক্তা লৈরম্বা মীশিং

মীওইশিংসি নাপচীক্কী মীওইশিংনা মখোয়গী মফমদুদা লৈরিবা মতমদুগী মতুং চহি ৫০০ রোম চথরগা হৌজিক্কী চহি ২৯৫০ রোমগী মমাঙগী মতমদগী চহি ২৫০০ রোমগী মতম ফাওবদা মনিপুরগী নিওলিথিক্কী অরোয়বা তাংকক্কী মীওইশিংগী মীহুৎ ওইনা ফুনান-চীঙগী চীঙদোন্দা পাল্লম্মী। মখোয়না চীঙথক-চীঙদোনগী মীওই ওইনা তম্পাক্কী ময়ায় ওইরম্লা চীঙদোনসিদা লৈররিবগী মরমসি চীঙ অসিগী অকোয়বদা লৈরিবা পাৎশিং অমসুং পাৎথী-কোমথী ওইবা লমদমশিং অসিগী ফিবমশিংনা ওইরম্বা য়াই। অদুগা চীঙসিগী মমিং ফুনান হায়না খোল্লিবসি খা-নোংপোক এসিয়াগী মেকোঙ তুরেলগী ঈচিন্দা কোনুং ওইরগা খৃষ্টগী অহানবা চহিচা অদুব্রাইদা লিংখৎখিবা খা-নোংপোক এসিয়াগী খ্বাইদগী ইহান হানবা অচৌবা লৈপাক (First empire of South-east Asia[৬৬]) অদুগী মমিং ফুরুরুগা থারবা মমিং ওইবনা কোন্না অথেংবা মতমদা থোনবা মমিং ওইগনি। হায়রিবা নিওলিথিক্কী মতমসিদদি অতোপ্পা মমিং অমনা খঙনরম্ব্রা য়াই। অদুগা মখোয়গী ফংলিবা পোৎলমশিং অসিগী মতুং ইন্না মখোয়শিংসি নোংপোক কৈথেলমানবী অমসুং ব্রাংভু নাপচীক্কী মীওই মখল অনিসিগা মরী অমতা লৈনবা উদে নত্রগা মমাঙগী চক অনিগী মীওইশিংনা চাদা-নাওদা শমথরকপসু মান্দে। মসিনা তাক্লিবদি মখোয়সু খা-নোংপোক এসিয়াগী মফম অমদগী মনীং তম্না মনিপুরদা খুনহোংলকপনি হায়বসিনি। মখোয়না মনিপুরদা চঙলকপা লম্বী অসিসু ইম্ফাল তুরেলগী খোংলম ইন্দুনা ওয়থংবা তোর্ব্বান্দা কারক্রগা ইম্ফাল অমসুং ইরিল তুরেল অনিগী ঈতিন্নফমদা ইম্ফাল তুরেল লাল্লগা ফুনান-চীঙসিদা থুংলবা মাল্লি। মখোয়গী মচৎ-মনাৎসিগী মরমদা শ্রীও:কে: সিংহনা থিজিন-হুমজিল্লবা মতুংদা পীরিবা ব্রারোলদি (১৯৯১: ৮) [৬৮]-

Pottery from Phunan site are handmade and decorated in geomitric pattern consisting of circle, parallel lines, wavy or straight lines either in pairs or bands etc, which are produced by incised, appliqued and stamped methods. Neolithic celts having square cut sides, quardrangular axes and adze etc.;;;; The stone tools and pottery of this phase show technologically more evolved then the earlier two sites (of Neolithic). The stone tools might have been used in wider exploitation of wooded forest of various aspects of life. In south China also a sequence of three phase neolithic culture was established and a late neolithic culture dating between 1500 B.C to 700 B.C. was represented by the geomitric ware horizon (Chang, 1974: 370-71).

অসিনি। ব্রারোল অসিগী মতুংইন্না মিংয়েং থম্বা তারবদি হায়রিবা মীওইশিং অসি খা- থংবা চাইনাগী লমদমগী মফম অমদগী খোঙহৌদুনা লাক্লবা, ওইরম্বা য়াইি।

ফুনান-চীঙগী চীঙথক-চীঙদোনগী মীওইশিং অসি মালেমসিগী খ্বাইনা শকখঙ- মায়খঙনরিবা মী কাংলুপ অচৌবা মোঙ্গোলোইড হায়বা কাংলুপ অদুগী ফুরুপ অমা ওইরম্বা য়াই। মখোয় অসি খা-নোংপোক এসিয়াগী নিওলিথিক চীক্কী মীশিংগী খুন হোংদোক-হোংজিন তৌবগী খোঙচৎ থোকখিবা (Peoples movement of South-east Asia in Neolithic age) অদুদা খোঙহৌ তপ্না য়াওরকপা মীওইশিং মাল্লি।

ফুনান-চীঙগী অনৌবা নুঙগী চক্কী মীওইশিং অসি মখোয়না মফমসিদা হেক খুন্দারবদগী হৌনা মমান্নবা মনিপুরগী অতৈ মফমশিংগী মীওইশিংগা কয়া তোৎনা-তিন্নদবা মাল্লি। মরমদি মখোয়না শীজিন্নরম্বদগী তাহৌরদুনা, লৈরোন চন্দুনা লৈহৌরবা মখোয়গী নুঙগী খুৎশু-খুৎলায়শিং অমসুং চফু-চনাইগী মচেৎ, চেগায়শিং অসিনা পুরিবা মচৎ-মনাৎশিং অসিগা শাগোন্নবা পোৎলমশিং অসি মনিপুরদা য়াম্না তাঙই অমসুং মফম অতৈদা পঙফং ফংদে। মখোয়গী অসিগুম্বা নিওলিথিক মনিপুরগী অকক্লবা মচৎ-মনাৎসিগী মরমদা অমুকসু হায়রি [৩১]-

In th course of exploration a large number of potsherds decorated in geometric patterns along with few ground stone tools consisting of a triangular hoe,chisel and rectangulared axe and too very large grinding stones were recodered from the site. The stone tools are dominated by square cut sides with rectilinear median cross-section. Decoration of pottery includes circular impressions, parallel incised marks in bands, parallel and diagonal appliques, and cord marks.

ফুনান- চীঙগী নিওলিথিক্কী মীওইশিংগী পুন্সিগী হিংনবা শীনফমদি লৌউ-শীঙউবনি। মদুগী খুদম হায়ববু মখোয়গী নুঙগী খুৎলায়শিংগী মরক্তা লৈ-তৌ খুৎলায়, চীথেক অহুম নাইবা, লৈ-তৌনুঙ (Stone triangular hoe) য়াওরিবা অসিনি। মখোয়না মখোয়গী লৈফমগী অকোয়বদা পাৎ অমসুং পাখী-কোমথী, লৈপুখোক -লৈয়ালাংশিংনা খুরক হাঙদনা লৈবসিনা মখোয়গী মচীঙ ওইরবা ফুনান চীঙশাংসিগী চীঙশা-নাপোমশিংদা পামলৌ অমসুং পাম নিল্লম্বা য়াই। মখোয়না মখোয়গী হিংবদা অমসুং মী ওইনা পানবদা চঙবা পোৎলম পুম্নমক

## মনিপুরগী নুঙগী চক্তা লৈরম্বা মীশিং

ফুনান চীঙশাং অসিগী লমখে মনুংদা লোয়নমক থল্লগা মফমদুদা মখোয়তগী ওইবা তাইবংপান অমা শেম-শাদুনা লৈরম্বা য়াই। মখোয়, মীশীঙ য়াম্না, ফুরুপ-কাংলুপ ফানা, খুৎকন-পাঙ্গন্না পাল্লম্বা য়াই। মরমদি মখোয়গী মতমগী, নিওলিথিক্কী মনিপুর অদুদদি মী য়াম্না হোঙলে হায়বসি মনিপুরগী চীঙ-তম শীন-থুংনা নিওলিথিক্কী গ্রাউণ্ড এণ্ড পোলিসড টুলশিংনা শন্না-থুংনা ফংলিবসিনি [১০]। অদুবু মখোয়গী খুন্দা-লৈতাফমসিদা অতোপ্পা মী ফুরুপ-কাংলুপশিংনা অকায়-অতোয় থোকহলম্বগী খুদম ফংদে। মখোয়গী লৈঙাকলোন, খুন্নাইরোন অমসুং শেনবা-থুম্বারোনগী মওং-মতৌ, মচৎ-মনাৎ, থৌরাং-থৌশীন্নচিংবা পুম্নমক ৱাংঙু নাপচীক্কী মীওইশিংগা মান্নে। নাপচীক্কী মতাংদা মথক্তা পীজরিবা অদুদা য়েংবিয়ু। অদুগা মখোয়গা নাপচীক্কী মীওইশিংগা খেন্নবা মওং-মতৌ লাকপশিং অদুদমক নৈনবগী থাক্তা পুখৎচগে।

ফুনানগী চীঙথক-চীঙদোনগী মীশিং অসিনা নাপচীক্কী মীওইশিং অসিদগী নুঙগী খুৎশু-খুৎলায় মখলশিং অসিদা, মরুওইনা, লৌউ-শীঙউবগা মরী লৈনবগী ওইরবসু খুৎলায় অমতনা থবক ময়ামদা শীজিন্নবা য়াবগী থাক (Standard of multi-purpose tool) হেল্লি। মদুগী খুদম হায়ববু ফুনান্দা ফংবা নুঙগী খুৎলায়শিংদা কাডেঙ্গুলার এক্স য়াওরিবসিনি। অদুগা লৌউ-শীঙউবদা হেন্না চাওখৎলে হায়বগী খুদম্না, মরু-মরাং অমসুং মহৈ-মরোং তক্লবা নুঙগী নুঙফান্দা চাও-শাংবা হেনগৎলক্লিবসিনি। নুঙগী খুৎলায়দা চীথেক নাইনা মায়গৈ মরি ময়া পানবগী মওংদা খংকক-ককপা খুৎলায়গী মওং (Square cut sides with rectilinear median cross-section) ওইরিবসি মায়ওন থিদনা হেক্তমক পায়খৎপগা শীজিন্নবা য়াবা, থবকতা অথুবা-অয়াঙবা, অমসুং খুৎলৈ-খোঙলৈ থুবগী খুদমনি। মসিদা চেল্লিবা ৱাখল্লোন্না নোম্বা কনবা অমসুং হিংনবগী লানফমদা থবক্তা পুক্লিং থম্বগীনি। মখোয়গী ফংলিবা খুৎলায়গী মরক্তা নুঙগী ঈল্লীক য়াওদ্রবসু মখোয়না ঙাগী চিঞ্জাক মথেলসি শীজিন্নরম্লোয় হায়না খল্লুবদি লানগনি। মরমদি ঙা ফাবগীদমক্তদি লৈরু-লৈরুরিবা অকোয়বগী ফিবমশিং পাৎ-তুরেল, পাম্বী-শীঙগীনচিংবগী মখা পোন্দুনা ঈশিং-কোমশিংপা, লুথুম-শোয়নাপ্পা, কাউথুম-মূনম্বা, লোংখোন-লোংকোৎপা, খোইচোপ-লাংথাবনচিংবা তৌনরিবা ঙাক্তনি। হায়রিবা ঙা ফাবগী লীচৎশিং অসিদদি ঈল শীজিন্নবগী মথৌ চঙদ্রে। মসিগীসু মথক্তা মীওইবনা কোনশিনবা/কোনশিন্দবা মচী পানবা খুৎলায় হার্পুন (Harpoon) শীজিন্নবা হৈরকপদা ঙা ফাবগী ৱাখলসু লাখ্রবা অমসুং হৌদোকখ্রবা থবক্লি। মদুগী খুদমদি [১১].

## মনিপুরগী নুঙগী চক্তা লৈরম্বা মীশিং

**With the appearence of the harpoon man began to fish. He waited for a large fish tó swim close to the bank and struck it with a harpoon.**

অসিনি। অদুগা হার্পুন হায়বা খুৎলায়সিদি মীওইবগী অরিবা খুৎলায়শিংগী মনুংদা অমনি [১২]। মরম অসিনা মখোয়না মখোয়গী নুঙগী খুৎলায়শিং লৈরিবনিনা উনা-ৱানা, শরূনা, শা-চী (শাগী মচী: Horn) না শাগে নীংবা খুৎলায় নত্রগা পোৎলমদু শাবা ঙমখি।

ফুনান-চীঙগী নিওলিথিক্কী মীওইশিংসিগা মনিপুরগী অঁতে মফমগী নিওলিথিক্কী মীওইশিংগা হৌজিক ফাওবগী আর্কিওলোজীগী মনিপুরদা খেন্নরিবসি, মরুওইনা মখোয়গী ফুশা-ৱানশাবগী শীন্থা-শীন্থোঙ অসিদনি। মনিপুরগী অঁতে নিওলিথিক সাইটশিংদা ফংবা চেগায়শিংগী মতুং ইন্না মফমশিংদুগী মীওইশিংদুনা শীজিন্নরম্বা, শারম্বা ফুশিং অদুদা থোক্লিবা ময়েক অসি লংশুং মমি তাহনবা অসিখক্তনি। লংশুংগী ময়ি/মমি নত্রগা ময়েক থোকহনবা অসিদি ফুশা-লৈতেং হাপ্পদা অহানবা/অহৌবা থাক্কী লৈতেং খুৎহাপ্পি। মসিদি অচম্বা অমসুং অরায়বা, খুৎ চঙদবা লৈতেং-লৈথেৎ তৌবনি। মসিনা তাক্লিবদি মীওইবগী ৱাখলদা মকে শেম্নীংবা অমসুং লৈতেং-খোৎতেংনীংবা ফাওরকপদু থবক ওইনা পাংথোক্লে হায়বসি উৎপা, ফোংদোকপনি। অদুবু ফুনান-চীঙদগী ফংলিবা অনৌবা নুঙগী চক্কী চেগায়শিং অসিগী মতুংইন্না ফুনানগী মতমদুগী মীওইশিংনা ফুশা-ৱানশাবদা খুৎ চঙবা, ৱাখল-লৌশিং শীজিন্নবা অমসুং য়েক-খোৎপগী মহৈ-মশিংসি খুৎহৈবগী খুৎফমদা শীজিন্নবা হৌরে হায়বা তাকপা ময়েকশিং য়াওরি। হায়রিবা ময়েকশিংসি পুথোকপদা খল্লমগদবা ৱাখল অমসুং হোৎনরমগদবা মহোৎনা অদুদি মনিপুরগী মপান লৈপাক্কী ওইনা থমখ্রবসু মখোয়না চহি ৫০/ ১০ খক্তংদবু মফম অসিদা লৈরম্লবদি মখোয়সু হায়রিবা ময়েকশিংসি ফুশা-ৱানশাবদা শীজিন্নরম্লোয় হায়বদি য়ারোয়। হায়রিবা ময়েকশিংসি, ফুশিংসিগী মপান থংবা লৈমায়-মমায়দা থোকহন্নবা লাক্লবদা মখোয়না লৌখিবা পাম্বৈ অমসুং থাদখিবা শু-নোম্বগী মশক্তি-করিগুম্বা অমগী মপাঙ্গল পীশিন্দুনা মমি তাহনবা নত্রগা নমশিন্দুনা/ফুজিন-য়ৈশিন্দুনা পোৎশক্কী খুদম লৈহনবা (Impression), করিগুম্বা মওং-মতৌ অমা খুৎলায় অমনা হক্তুনা নত্রগা হন্দুনা/খোত্তুনা/ তৌথোক্লুনা মমি/ময়ি/খুদম লৈহনবা/তাহনবা (Incised) অমসুং অতোপ্পা পোৎশক অমা, অপাম্বা মওং-মতৌদা শারগা/থোকহল্লগা অতোপ্পা অমদা

লোনশিনবা/নপশিনবা/হাপচিনবা (Applique) অসিশিংসিনি [১৩]। মখোয় অসিনা ফোংদোক্লিবা ৱাফমদি, পোৎশিংগী মওং-মতৌশিং পুথোকপগী মঁহে-মশিং (Arts) শিংদা পুক্লিং থিংজিনবা, ফজবা পান্বদা পুক্লিং লুপ্পা, অনৌবা মখল পুথোকপদা পুক্লীং চঙবা, অফবা থবক্কীদমক হোৎনবদা তন্দবা, মতম মাঙবা পাম্মুদবা অমসুং লন-থুম তিংবা কিদবা অসিনচিংবগী ৱাখল্লোন পুরি। অদুনা ময়েক ওইনা পুথোক্লিবা মশকশিংনা-কোয়রোক কোয়বা, মতুম তাবা শক্তমগী ময়েক নত্রগা হৈকোয় ময়েক (Circular geometric pattern); খন্নাংনবা লৈয়িগী পরেংশিংগী চবুন ময়েক নত্রগা লাইফি-তোংকাপ/তোংকাপ ময়েক (Geometric parallel lines in band), খন্নাংনবা অমসুং ফৈজেননা চিংবা লৈয়িশিংগী চোংথোক-তোংথোকহনবা ময়েক (Parallel and diagond appliques) অমদি লংশুং মমি তাহনবা ময়েক (Cord marks) মরি অসিনি [১৪]। হায়রিবা ময়েকশিং অসিনা জ্যোমিত্রিগী ওইবা ময়েক ওইনা লৌনরিবসিদি কোন্না জ্যোমিত্রি মঁহে-মশিংসি থোক্লক্লগা হায়নবগী ৱানি। অদুগা অকোয়বা হৈকোয় ময়েক (Circle) য়েক্লিবা অসি, চাইনাগী লাইরিক ময়েক (Pictographic charecter)হৌরক্লমদায়গী ইডিওগ্রাফিক্কী খুদম নুমিৎপু খঙনবদু[১৫] য়ৌরক্তুনা ময়েক্ত ওন্থোক্লবা মশোং/মশেক য়াওদ্রিবা অহানবা থাক্কী নুমিৎকী খুদম মাল্লি। মরমদি ইতিহাসকী চকশিংগী মতমদা ফংবা চফু/লীশিং (Drinking cups) অমসুং অঁতে চফুশিংদা মশেক য়াওবা নুমিৎশিং য়েকপা য়াম্না থেংনৈ [১৬]। অদুগা খন্নাংনবা লৈয়িগী চবুন ময়েক অসিগীসু ৱাখল্লোন পুরকগদ্রা খঁঞ্জে। অদুবু নুপা নুপী খোঙথাং মান্ননা খন্নাংনবা তাইবংসিদা থৌদাং য়ামিন্নবগী খুদম ওইরগদবা মাল্লি। খন্নাংনবা অমসুং ফৈজে চিংবা লৈয়ি ময়েক নত্রগা শন্বল ময়েক অসিসু ঙাকথোক-কনথোকনবগী খুদম মাল্লি। অদুবু হায়রিবশিং অসি ইডিওগ্রাফ (Ideograph) কী য়ুম্ফমদা শাগৎচবনি, মখা তানা থিজিন-হুমজিনবগী মথৌ চঙলি।

মথক্ত পঞ্জখ্রিবা মখোয়গী অফংবা চেগায়শিংদগী লৌথোক্তুনা পুথোক্লক্লিবা ময়েকশিং অসি মখোয়গী ফি-রোনশিংদসু শীজিন্নরন্বা য়াবগী থাজবা লৈ। মখোয়না মখোয়গী মঁরৈপাক থাদোক্লকপগী মতমদদি লংজমগী ফিদগী হেন্না লু-নান্নবা ফি, মুগাফিগী পোথোক হেনগৎহন্নবা, মুগা লংগী ম-শিং মরাং কায়হন্নবা সেরেস লৈপাক [১৭] (The country of Silk: China) তা য়াম্না কন্না থৌশিল-থৌরাং লৌখৎলকপা মতমনি। মরম অসিনা ফুনান-চীঙগী নিওলিথিক্কী মীওইশিংসি

## মনিপুরগী নুঙগী চঙা লৈরম্বা মীশিং

ৱাংঙু নাপচীক্কী মীওইশিং অসিগীগুম মখোয়ঙ অহুমগী খোঙমাইবা ফুশিং য়াওদ্রবসু হিংবগী মওং-মতৌ (Living standard) গী লৈঙাকলোন, খুন্নাইলোন অমসুং লন-থুমগী ফিবমদা হেন্না থাক ৱাংখৎলে হায়না লৌবা য়ারে। মখোয় অসি, মতমগী অকোয়বা খোঙচৎ অমগী মনুংদা চৎলিবা অওনবগী তাইবংপাল অসিদা অহোংবা মচৎ-মনাৎ পুরকপা মী ফুরুপ অমা ওইনা মনিপুরগী তমপাক লমদমগী পঙৱাং ৱাংদবা চীঙদোন-চীঙয়াঙদা পাল্লবনি হায়বদা চিংনবা লৈত্রে।

## নুঙবী-নুঙজাও য়ুংবা মতমগী মনিপুর

নুঙবী-নুঙজাও য়ুংবা মতমগী মনিপুর অসি করম্বা মতমদা হৌখিবগে হায়বগী খঙবা য়াবা খুদম-চাংদম অমতা কনানসু পুথোক্লরক্তিঅমসুং কনানসু পুথোকননবা হোৎখিদ্রি। অদুবু হায়রিবা মচৎ-মনাৎ অসিদি হৌজিক ফাওবা হিংলিবা মচৎ-মনাৎ ওইনা চখ্যরি। হৌজিক ফাওবদা মনিপুরগী অরিবা মচৎ-মনাৎ থিজিন হুমজিনবগী থবক তৌরিবা ষ্টেট আর্কিওলোজী, মনিপুরনা মচৎ-মনাৎসিগী মায়কৈদা শকখঙ-মায়খঙদুনা লৈরিবা মনিপুরগী মফমশিংদি - (১) মাও চীঙমী খুনগী লমখৈ মনুংগী মফমশিং (মখোয়গী খুনগী মনুং অমসুং মপানগী মখোয়গী কাংলুপ/ ট্রাইব (Tribe) না কোনবা লমখৈ), (২) মরাম চীঙমী খুনগী লমখৈ মনুংগী মফমশিং (মাওগীগা মান্নে), (৩) পুরুল চীঙমী খুন (মাওগীগা মান্নে) (৪) কোইদে চীঙমী খুন (মাওগীগা মান্নে), (৫) ওয়নাম চীঙমী খুন (মাওগীগা মান্নে)। হায়রিবা সেনাপতি ডিষ্ট্রিক্কী লমশিং; (৬) খৌপুম চীঙমী খুনগী তম্পাক, (৭) থারোন চীঙমী খুনগী মফমশিং (মাওগীগা মান্নে) হায়রিবা তমেংলোং ডিষ্ট্রিক্কী লমশিং; চুড়াচান্দপুর ডিষ্টিক্কী (৮) শলাংথেল চীঙমী খুনগী মফমশিং; অমসুং উখ্রু ল ডিষ্ট্রিক্কী নুঙবী চীঙমী খুনগী মফমশিং অসিনি। অদুগা হায়রিবা মনাৎ অসি মনিপুর তম্পাক্ত চৎনরম্মী হায়বসিগী খুদম ওইনা ইম্ফাল কংলৈগী ময়ায়মক্তদা মফম অনি (১) ইম্ফাল ত্রেজরী লোইশঙ ওইরম্বদগী আর্মীগী বেজ হেডক্কারটর ওইখ্রবা মফমগী অৱাংথংবা শম্বল মনাক্ত য়ুংলিবা খা-কৈথেলগী অয়ুংবা নুঙ (Menhir, protected by State Archaeology, Manipur) অমসুং (২) অহানবা এম:আর: বেটালিওনগী লমখৈ মনুংদা কালিমাই মন্দিরগী চীঙখৈদা, মি: ৫০

রোম লাপ্পা য়ুংলম্বা হইস্নাম/ হৈস্নাম লাইরেম্বী ফম্বাল মফমদা য়ুংলম্বা নুঙ (ফুক্সেক্তুনা এম:আর: গী গেটকী অৱাংগী শঙদা থম্লিবা) অমসুং মনিপুরগী তম্পাক্কী মফম খরদা য়ুংলম্বগী অইবা ৱারোল লৈবা নুঙশিং অমদি মচৎ-মনাৎসিগী মখা শমথরকপা ওইনা নুঙমায়দা লাইরিক ইরগা মনিপুর তম্পাক অমসুং চীঙগী লমদম খরদা য়ুংলিবা/য়ুদ্রবা নুঙশিং অসিশিংসিদি চিখ্রবীরম্লে। অদুবু মথক্তা পঙখ্রিবা অয়ুংবা, অথম্বা অমসুং অফেবা নুঙশিং অসি অয়াম্বনা ইতিহাসকী অমসুং ইতিহাসকী মতমগা হেক থংনবা মমাঙগী মতম তাংকক্তা য়ুংলম্বা নুঙশিংনা অয়াম্বা ওইরে। অদুবু চৎনরিবা মনাৎ অমসুং শকখঙদ্রবা (Identify তৌদ্রিবা) নুঙ খরদি অরিবা মতমদগী হৌজিক ফাওবা লেপ্লিবগুম তৌরি। তশেংনমক হায়রবদা, মনাৎসিগী পোৎশক্তি লৈরে অদুবু অশেংবা মশক অদুদি খঙদ্রি।

নুঙ য়ুংবা, খিনবা, থমবা অমসুং পৈখৎলম্বগী মনাৎ অসি য়ুরোপকী লমদমশিংদদি নিওলিথিক্কী থেংথরকপা মতমগী তাংকক্তা হৌদোকপা মনাৎনি হায়না লৌনৈ। মদুগী খুদমদি [১৮]-

The first farmers of western Europe did not leave behind many traces of their homes, for wood soon perished in the open. Instead, they left their memorials the great stone built tombs known as megaliths (from the Greek works, megas, great and lithos, stone). The earliest of these tombs that have been found date from 3500 BC. and for 2000 years they were erected over a wide area of Europe from Portugal to Brittany, eastern Germany and the Shetland Isles.

অসিনি। অদুবু এসিয়াগী নোংচুপ থংবা, খা থংবা অমসুং নোংপোক থংবা লমদমশিংদা চৎনরিবা নুঙজাও নাইতোম য়ুংবা (Menhir) অমসুং ফান শানা খিনবা (Dolmen) নুঙপাকশিং, মফম খুদিংমক্তা লৈদুনা মনাৎসি শন্দোক্লি। মসিদসু নত্তনা হায়রিবা লমদমশিং অসিগী মীশিংনা লায়না য়ৌবা ঙম্বা সমুদ্রগী ঈথৎশিংদসু মনাৎসিগী খুদমশিং লেপ্তুনা লৈরম্মী। অদুবু হায়রিবা এসিয়াগী মচৎ-মনাৎসিগা আটলান্টিক মহাসাগর তোৰ্বানগী য়ুরোপিয়ানশিংসিগী মচৎ-মনাৎসিগা শম্ন রিবা মরীসিদি তশেংনমক চুম্লবনি হায়বদা চিংনবা পোক্লি [১৯]।

এসিয়াগী নোংপোক্তা অমসুং খা-নোংপোক্তা লৈরিবা লমদমশিং অসি থুংনা নুঙবী-নুঙজাও য়ুংবা, নুঙপাক-নুঙলেপ খিনবা অমসুং নঙপৈ-নুঙফম শেম্বগী মনাৎ অসি করম্বা মতমদা হৌদোকখিবগে হায়বা ৱাফমসি হৌজিক ফাওবদা থিবা

ফংদনা মাঙদুনা লৈরি। মসিদগী হেন্দোক্লুনা পেসিফিক ওসিন অমসুং ইন্দিয়ান ওসিন অনিসিগী শরুক খরদা অমসুং অনিসিগী লাংদায়দা লৈরিবা অচৌবা, অপিকপা ঈথৎশিংদা নত্রগা অয়াম্বদা লৈরিবা মচৎ-মনাৎসিগী ব্রাফম, খোনজেন থোক্তবা মরোন্না ফোংদোক্লুনা লেপ্লিবা নুঙশিং অসি, য়ুংলকপগী মতমসু লেপ্পা ঙমদ্রি। মরমশিং অসিনা খা-ভারত্তা য়ুংলিবা হৌজিক হৌজিক লেপ্লিবা নুঙশিং অসিনা ঙসিদগী চহি ২২০০ দগী ২৩০০ ফাওবগী মমাঙগী মতমগী নুঙশিংনি[৮০] হায়না আর্কিওলোজিকেল ফাইন্দিংগী য়ুম্ফমদা পীরবসু, করম্না, করিগী, কদায়দগী হৌরকখিবগে হায়বগী পাউখুমশিংসি ফংদবনা মনিপুর অমসুং মহাক্কী য়ুম্লোন্নবা মচন-মচেশিংগী লৈজরিবা মচৎ-মনাৎ অসিগী হৌরকফম অমসুং হৌরকখিবগী ব্রাফমসু লোত্তুনা লৈরি নত্রগা মাঙখ্রে।

অমরোমদা, য়ুরোপলোমদা অশিবগী নীংশিং-নুঙ ওইনা লৌরিবা ব্রাখল্লোন অসিগা খা-ভারত অমসুং খা-নোংপোক এসিয়াগী লমদমশিং অমদি মসিগী মচৎ-মনাৎনা য়ৌবা লমখৈশিংদা মচৎ-মনাৎ অসিগী নুঙশিং অসিনা পুরিবা ব্রাখল্লোন অসিগা চানদে, মদুগী খুদমদি[৮১] -

Numerous megaliths, which to a certain extent approximate to stone memorials, have been found in southern India, but they have not been dated prior to 3rd or 2nd cent. B.C. Besides a megalith is not, strictly speaking, a memoral. It is essentially and purely sepulchral in character, while a memorial stone, in its basic conception, is commemorative in character, raised in memory or honour of the dead, and did not form a part of the actual practice of the disposal of the dead. The main purpose of a memorial stone is to keep alive or revive the memory of the deceased and to pay homage or respects to him on certain occasions according to the social or religeous practices of the community

অসিনি। অমরোমদা অমুক য়ুরোপতা মসি, লাইশিংগী ফম্বাল (Alter) দা লাইনীং (Cult) গী ওইনা লৌনবগী চৎনবীসিসু লৈ অদুবু মনিপুর তম্পাক্তদি- (১) অশিবগী খুবম থম্বা (২) মফম তাকপা, (৩) লাইগী ফম্বাল-ফম্বাক ওইবা নত্রগা লাইগী কাইদোংফম ওইবা অমসুং (৪) নুঙ হোঙবা হায়বদি মশাগী তৌবা ঙম্বা, মতীক লৈববু খুন্নাইগী মীয়াম্না খঙবীনবা চাকখাঙ-য়ুখাঙগা লোয়ননা লাইনীং মনাৎকী লাইশোন-তীনশোন্দুনা থৌনীরগা কুম্মে হরাও পাংথোক্লুনা শকতাকপা অমসুং শকখঙবগী মিংদা নুঙ য়ুংদুনা থাখেনবা, মরিসিনি। মনিপুরগী চীঙগী

## মনিপুরগী নুংগী চক্তা লৈরম্বা মীশিং

লমদা য়াম্না কন্না চৎনরিবসু অকোনবগী ৱাখল্লোন অসিদা য়ুম্ফম ওইবনি। মরম অসিনা নুং য়ুংবগী মনাৎসি লৈবা (মখোয়না অশিবগী নীংশিং নুং, স্মৃতি শিলা) গ্রেট বৃটেন্দগী ১৯ অমসুং ২০ শুবা খৃষ্ট কুমশীঙ চাদা লাক্লম্বা ঈংগ্রেজ মচাশিংনা মনাৎ অসিবু ফিস্ত ওফ মেরিট (Feast of merit) কী নুং হায়না কৌনৈ। ইংগ্রেজ মচাশিংগী মমিং অসি থৌরম অসিগা চানবা খর ৱাৎলি, মরমসিনা মেরিট এস্পিরেসন ষ্টোন (Merit aspiration stone) হায়না থোঞ্জগে।

মথক্তা হায়জরিবা মেরিট এস্পিরেসন ষ্টোনগী ৱাখল্লোন অসি মৈতৈ/মনিপুরীশিংগীতা নত্তে, অৱাং-নোংপোক ভারতকী, খা-নোংপোক এসিয়াগী লমদমশিংদা লৈরিবা মীওইশিং, ইন্দোনেসিয়া অমসুং জাভানচিংবা ওসিনিক আইলেণ্ড (Oceanic isle) শিংদা লৈরিবা মীওইশিংনচিংবা মনাৎ অসি চৎলিবা পুম্নমক্কীসুনি। মসিদা অশি-পোৎলোয়বগী লৈরোন চনফমদা নুং য়ুংবা, খিনবগী ৱাখল্লোন লাকপসি/ হাপচিল্লকপসি ঈংগ্রেজশিংগা মনিপুরীশিংগা শম্নরক্লবা মতুংদগী ওইরকপা য়াই অমসুং খৃষ্টানিটীনা মনিপুরদা ওংলরবদা লীচৎসি চাওখৎলক্লম্বা য়াই।

মনিপুরদা লৈরিবা মেগালিথিক কলচরগী মনাৎ অসি ইন্দোনেসিয়া, জাভা অমসুং খা-নোংপোক এসিয়াদা চৎনরিবা মচৎ-মনাৎ অসিগা মান্নবগী ৱারোল পীরি, মদুদি:- [৮৩]

Megalithic monuments of Manipur are comparable with those found at Java, Indonesia and South-east Asian countries. The antiquity of these monuments is not known.

অসিনি। মচৎ-মনাৎ অসি, মনিপুরদা হান্না লৈখ্রবা অরিবা নুংগী চক্কী মমাংগী মতমদগীনা অনৌবা নুংগী চক্কী মতম লোয়রকপা অসি ফাওবগী মতমসিদা থেংনখিবা আর্কিওলোজিকেল সাইটশিং অসিগী মনুংদা মফম অমদা থেংনখিদে। অদুগা মচৎ-মনাৎসিদা পুরিবা ৱাখল্লোন অমসুং লাইনীং-তীংন্নীংগী ৱাখল্লোনগা শাগোন্নরিবা অসিনা মচৎ অসি নিওলিথিক্কী মতম অসিদা মমি তম্লক্লমবা য়াই। হায়রিবা ৱাফম অসি য়ুরোপলোমগী মনাৎ অসি হৌরকপগী পীরম্লিবা ৱাফম অমসুং মতম অসিনসু শৌগৎলি।

হায়রিবা মনাৎসি অৱাং থংবা এসিয়াগী শরুক নত্তনা অতৈ মায়গৈ অহুমগী এসিয়াগী লমদমশিং থুংনা ফংনরি। মরম অসিনা মনাৎসি এসিয়াগী ওইনা মহাদেশ

# মনিপুরগী নুঙগী চক্তা লৈরম্বা মীশিং

অসিগী করিগুম্বা মফম অমদগী য়ুরোপতা মনাৎসি হৌরক্লিবা অসিগা খুন্নাংননা, মতম হাইরপ মান্ননা হৌরম্বা য়াই হায়না থাজবা পোকই। হায়রিবা মনাৎসি ঙসিদগী চহি ৫৫০০ রোমগী মমাঙদা হৌদোকখ্রগা খা-নোংপোক থংবা এসিয়াদা চহি ৫০০০ রোমগী মমাঙদা চঙলক্লম্বা য়াই। নত্রগা মতমসিদগী খর ঙনখৎনা হৌরক্লম্বা অমসুং চঙলক্লম্বসু য়াই। মচৎ-মনাৎ অসিনা খা-নোংপোক অসিদা লৈররবদা লমদমসিগী নিওলিথিক এজগী পিপলস মুভমেন্ট (মথক্তা পঞ্জখ্রে) তা শরুক য়ারুবা অমসুং নোংপোকতগী নোংচুপলোমদা হন্দুনা খুন্দারকপা নিওলিথিক্কী মীওই খরনা মনিপুরদা পুশিল্লক্লগা চৎনরম্বসু য়াই, ব্রাফম অসি শ্রীআর:আর: শিগ্রেগী ‘‘নাগা’’ শিংনা অব্রাং-নোংপোক ভারতকী লমদমদা খুন্দারকপগী ব্রাফম্না শৌগৎলি। হায়রিবা নাগাশিং অসিগী মনুংদা মচৎ-মনাৎ অসিগী চৎলিবা নাগা কাংলুপশিং— তাংখুল, কবুই, মাও, মরাম, পুরুলনচিংবসি য়াওরিবনি। অদুবু মচৎ-মনাৎ অসিনা মনিপুরদা চৎনরকপসিদি অনৌবা নুঙগী চক অসিগী অরোয়বা তাংকক, ফুনানগী চীঙথক-চীঙদোনগী মীওইশিংনা ফুনান্দা পাল্লিঙৈগী মতম, ঙসিদগী চহি ২৭০০ লোমগী মমাঙগী মতম অদুব্রাইদগী চৎনবা হৌরক্লম্বা য়াই। অদুগা নুঙ য়ুংবগী মনাৎসি পুমৈ-মাওমৈ ফুরুপ-কাংলুপসিগী লমদম অসিদগী হৌরক্লম্বা য়াই। অদুবু মফমসিদা অহানবা পাংথোকখিবা চীঙগী কাংলুপ অসি করম্বা কাংলুপ্না ওইগদগে হায়বদুগী অকক্লবদি খঙবা ঙমদ্রি, মরমদি হৌজিক্কী মাওমৈ (Maomei, akins tribe of Pumei) শিংসিনা মখোয়না থায়নদগী খুন্দারক্লুনা লৈরক্লিবা মফমসিদা মখোয়না লাক্লিঙৈগী মমাঙদা অতোপ্পা জাতি অমনা খুন্দারম্মী হায়না শ্রীনেলী মাও ৮৪ না তাকপী। হায়রিবা হান্না খুন্দারম্বা চীঙমী কাংলুপ অদু খা-নোংচুপলোমদা হাইথদুনা চৎখি হায়বা মখোয়গী চীঙ্গাং য়ৈনা পুথরকপা থায়নদগী চৎনরকপা ব্রারীদা লৈ অমসুং মখোয়না চৎখিবা লম্বীদুসু লৈরি হায়নসু শ্রীনেলীনা লীরকখি। হায়রিবা ব্রারোল অসিগী মতুং ইল্লবদি খৌপুম অমসুং থারোন্দা মনাৎ অসি ঙাক্লুনা থম্লিবা কবুই/রোংমৈশিংগী ওইফম থোকই। অদুবু ব্রাফম অসি মখা তানা, হন্না থিজিন-হুমজিনবগী মথৌ চঙলি।

মেগালিথিক কলচরগী থৌরম, নুঙ য়ুংবগী মনাৎসি মেনহির, দোলমেন অমসুং সিষ্ট হায়দুনা অহুম থোক্লা মথক্তা পঞ্জখিবা অদুগুম্না লৈ। মখোয়গী লৈঙাকলোনগী, খুন্নাইলোনগী অমসুং শেনবারোনগী ফিবমশিং মখাদা নৈনজরি।

# মনিপুরগী নুপগী চক্তা লৈরম্বা মীশিং

## (১) লৈঙাকলোন্দা মেগালিথিক্কী মী

মনিপুরগী মেগালিথিক্কী মী অসি, খুনবান-লৈপাল্লবা মী ফুরুপ খরনা শাবা কাংলুপ অমগী লুচিংবা নত্রগা অঙম-অথৌ নত্রগা অকন-অথৌ হায়না খায়দোক্লবা নত্রগা খায়দোকপা হৌরক্লিবা অমসুং মখোয়শিংসিগী মখাদা মীচম খুঞ্জাশিংনা লৈবা খুঙ্গং-খুন্নাই অমগী মথক থংবা থাক অহুমসিগী মনুংদা চনবা মীওই অমা ওইগদবনি। মসিনা মখা তাথহল্লক্লিবা ৱাফমদি খুঙ্গং অদুদা শা-লান লৈরে, খুনঙাক-লৈঙাকপা, শাথেং-লাম্থেংনবগী মথৌশিংসু পরিং চুম্না খুঞ্জাশিংগী ৱায়েল-ৱাতেম্বা অদুগী মথক্ত হাপকৎলক্লে। মদুগীদমক শাথেং-লানথেংনবগী অওক-অথোম, হাক্কন-শাকন্নবা, খুৎশু-খুৎলায়, লান্দানবা-লানকন্নবগী মহৈ-মশিংশিং চঙলক্লে হায়বনি। খুঞ্জাশিংবু লমজিংবা ঙম্নবা, লমজিংবগী মতীক-মঙম, মথৌ-থৌদাং অমসুং থৌশীল-থৌরাংগী মহৈ-মশিং চঙদবা য়ারক্রে। লানফমদা মায়থীরবদি থৱাই মাঙনবা অমসুং খুনতাক-লৈমুৎনবা ওইরক্লে। মীচম খুঞ্জাশিংসু লানগী খুৎশু-খুৎলায় শীজিন্নবগী মহৈ হৈতবা য়ারক্রে। মদুদা হৈথোই-শিংথোইবা, মীথোই-মীহেনবশিং অদুনা খুঙ্গংগী লুচিংবা অমসুং লুচিংবগী মখাদা খুঞ্জাশিংগী লমজিংবাশিং ওইনরক্লে। লাম্নীগী, শীন্নীগী, অমসুং ৱায়েন্নীগী লৌশিং, থৌশীল-থৌরাং হৈবগী মহৈ অসিনচিংবশিংগী মথৌ চঙলক্লে। শাফম-লানফমদা তেন-তা, উত্তুপ-চৈতুপ, অমসুং নুঙগী খুৎশু-খুৎলায়শিংনা শীনশু-শীম্থানবা খুৎলায়শিং ওইনরক্লে। নিওলিথিক্কী চম্না হিংলম্বা পুন্সিদুদ্গী হেন্না লুশিনবা পুন্সি ওইরক্লে। অনৌবা খুনহোংলকপা ফুরুপ-কাংলুপ নত্রগা নক্লনা-তিন্ননা লৈমিন্নবা ফুরুপ-কাংলুপকা শঞ্জাফম, লৌউফম, ঈশিং চাফম, উগী-ৱাগী পোথোক লৌফম অসিনচিংবা মুন্নরকলে। মখোয়গীদমক খৎনরক্লে অমসুং খুৎ থোক্লরক্লে। অসুম্না লান থোক্লবসি নিওলিথিক পেরিওডকী অঙনবা মতম তাংকক্কী অদুৱাইদগী হৌখ্রবনি, মদুগী খুদমদি[৮৫]-

Occasionally war flared up between tribes over land convenient for crops and grazing. For the time of the war the men elected a chief, the leader of the worriers.'

অসিনি। অসুম্না মেগালিথিক্কী মতমসিদনা অসিগুম্বা লানশিংসি তোয়খৎলকখি। লান্দা হৈবা-শিংবনা অকনবা-অথৌবা ওইরকপনা অকনবনা অচুম্বা শকপগী ৱায়েল লাকখি। অদুম ওইমক মাগী মাগী ফুরুপ-কাংলুপকী ফন্নবদি অয়াম্বনা তৌনরম্মী।

## (২) খুন্নাইলোন্দা মেগালিথিকী মী

মনিপুরগী মেগালিথিক্কী মীওইশিং য়ুমলিং-খুল্লিংদুনা পানবা খুঙ্গং-খুন্নাইগী পুন্সিদা হিংবা মীশিংনি। মখোয়গী মতমসিদদি চীঙলৈখুনদা অমসুং লৈকুৎ-লৈরায়দা পাল্লম্বা পুন্সিদু থাদোক্লুরে। উনা-ব্রানা শাবা য়ুমশিংগী মমি তম্বা হৌরক্লে। মনিপুরগী লমমিৎ-তুমিৎকী ফিবমশিংদা মখোয় অয়াম্বনা চীঙমী ওইনা পান্নরম্মী। মখোয়শিং অসিগী মী কাংলুপসি অয়াম্বা শরুক্না মোঙ্গোলিয়ানগী অচৌবা কাংলুপকী মশা, টিবেতো-বর্মান হায়বা লোন ঙাংবশিং অদুগী ফুরুপ মচা মচাশিং ওই। মখোয়না মনিপুরগী লর্মখৈ লানশিল্লকপসি নোংচুপ অমসুং খা-নোংচুপ থংবা মনিপুরগী লর্মখৈ নত্তনা অঁতে মায়কৈ পুম্নমক্কী ওই। মখোয়শিংসি চাওখৎপগী থাকতা ফুনান চীঙদোন-চীঙয়াঙগী মীশিংগা চাংদম্নদুনা য়েংলকপদা থাক য়াম্না নেম্লমগদবা মাল্লি। মরমদি মখোয়শিংসি অহানবগী মতম তাংকক্তদি য়ুমহোং তোয়বা কাংলুপ (Nomadic tribe) কী ফুরুপ মচা মচাশিং ওইরি। মখোয়না খুল্লেপ-খুল্লিংবা মী ফুরুপ ওইরক্কদৌরিবসি মনিপুরগী লমদম অসিদা চহি ৫০০/৬০০ লোম লৈরবা মতুংদা ওইরক্কদৌরিবনি। মখোয়সি অনৌবা নুঙগী চক্কী নুঙগী খুৎশু-খুৎলায়শিংদি শীর্জিন্নৈ হায়ববু অচৌ-অচৌবা নুঙবী-নুঙজাও অমসুং নুঙপাক-নুঙদুমশিংদা হৈনবা মীওইশিংনি, মদুমক্না ময়ুম-মকৈশিং শাবদা শীজিন্ননবদি ওইরমদে হায়বসি, মখোয়দগী মখা শমথহৌরিবা মনিপুরগী পাব্রারী-পুব্রারীগী চক্কী মনিপুরগী শক্তমদগী অমসুং হৌজীক্কী মতমগী মনিপুরগী ওইরিবা ফিবম-ফিরেপশিং অসিদগী খঙবা ঙমই। মখোয়গী খুনশিং/লৈফমশিংসি কাংলুপ-ফুরুপ তিন্নদবনা মরম ওইদুনা থাপ্না থাপ্না খুন মচা মচা লিংদুনা পানবা হৌরক্লম্বা য়াই। মখোয়, খুঙ্গং মচাগী খুন্নাইদুদা অঙাংগী মীশীংনা হেল্লমগদবা মাল্লি। অদুগা চাবা ফংদবা অমসুং লাইনা তীন্নানা মখোয়বু য়াম্না হাৎপীরমগদবসু মাল্লি। মরমদি মখোয় অসি পৃথিবীগী খ্বাইদগী হেন্না ঙল্লবা মীওইশিং অদুগী পুন্সি মরেন্দা হিংলি। অরিবা মীওইশিংদুগী মরমদা পীরিবদি [৮]:-

**The life of earliest man was very difficult and fraught with dangers. He could not always find enough food. More than half the people failed to live to 20: some were clawed to death by wild animals, others died of disease and hunger.**

# মনিপুরগী নুংগী চক্না লৈরম্বা মীশিং

Earliest man could not live alone, he would be unable to procure or maintain the fire. People would have died of hunger or have been annihilated by wild animals. That is why they lived in groups, joinly obtained food and warmed themselves round the common campfire.

অসিনি। মতমদুগী মনিপুরদা শাহিং চাবা লমশাশিং হোঙলমগনি অমসুং লমশাশিং অদুগী মরক্তা কৈ হায়বা খ্বাইদগী হেন্না শাথীরবা শা মখলসিনা মখোয়গী লৈফমশিংগী মনাক্তা নৈশিন-নৈশিন চাক্তদুনা লৈরমগনি হায়বসি কন্না থাজবা পোকই।

মেগালিথিক্কী মীওইশিংসি নিওলিথিক্কী মী ওইজরবসু মখোয়না লৈরুবা/ খুন্দারুবা মফমদুগী মতুং ইন্না লৌউ-শীউবগী পামলৌ-ঈংখোলশিং নিনবা অমসুং লিংখৎপদা কয়া খুদোং চারমগদবা মান্দে। অদুদসু নত্তনা য়ুমশাশিংগী শায়োক-শালোয়বদসু অদুক হাক্লা মায় পাক্লমগদবা মান্দে। মরম অসিনা হিংননবগী চিঙ্গাক তান্নবগী লম্বীসি-চীঙগী উমং- ব্রামংশিংদা অয়াম্বনা চাবা য়াবা পোৎলম থিবা অমসুং লম্লক্কী লমশা তানবনা চানবা ফংনবগী লম্বী ওইরমগদবা মাল্লি। মরমদি মখোয় অসি অহানবা মচিনঙৈদগী হৌনা চীঙগী উমং-ব্রামংশিংদা হৈনবা, হিমালয় চীঙজাওগী চীঙয়া-নাপোম অনেম্বশিং অমসুং চীঙজাওসিগী মশা-মরেং ওইবা চীঙশাশিংদা পাল্লকপা হিমলয়ান ত্রাইবশিংগী ফুরুপ মচা মচাশিং মাল্লি।

মখোয় অসি খুৎহৈবা অমসুং শীনশু-শীন্থাবগী লমদাংদসু ফুরুপ মচা অমা-অনি নত্তনা অদুক পুক্লিং থিংজিনবা ওইরমগদবা মান্দে। অয়াম্বনা ফিজেত্তবা ফুরুপ-কাংলুপ মাল্লি। হায়রিবসি হৌজিক্কী মতমদা মনিপুরগী মনুং হুঞ্জিন্না লৈরিবা চীঙমী খুন্নাইশিংগী ফিবম উরুরগা অমসুং ১৯ শুবা খৃষ্ট শতাব্দীদা মায়গৈ অশোমদা লাক্লম্বা বৃটিশ এম্পয়ারগী মীওইশিংগী অইবা ব্রারোলশিং পারুরগা শাগৎপা ঙমই। মখোয়দা ফুশা-ব্রানশাবগী মমি অসি য়াম্না তাঙনা তাই। থুম্মোক-তাইরুক শাবনা অহাঙবা মতমগী নুপাগী শীন্থা অমসুং ফিশা-লোনশাবনা নুপীগী য়ুমদা লৈবগী শীন্থা ওইবা হৌরক্লম্বা য়াই।

মেগালিথিক মচৎ-মনাৎকী লীচৎকী থৌরম অসিগী খুবম খঙনবা অহানবা নত্রগা মনাৎসিনা হৌদোক্লকপগী থাক্তা মখোয়সি লৈরম্মী হায়বসি মনিপুরদা মনাৎসি চৎহৌরিবা মীওই ফুরুপ-কাংলুপশিংগী মনাৎসিনা লৈপাকসিদা

চৎনরকপা মতমগী ফিবম-ফিরেপ নৈনরুরগা খঙহল্লকই। মশাগী মতীক উৎনবা, মঙম্বু খুন্নাইহিনা শকখঙনবা, মীয়াম্বু চাকখাঙ-য়ুখাঙদুনা অহোঙ-লোইহিরেন খেবা (Merit aspiration feast) গী থৌরম পাংথোকপসি সাইকোলোজিকলে পোইন্ট ওফ ভিয়ুদা অশোনবা লাকই। মসি, পাব্বারী-পুব্বারিগী চঙ্গ কোন্না তোপশিল্লকপা ওইগনি, থাজে।

মেগলিথিক্কী মচৎ-মনাৎ চৎলিবা মনিপুরগী মীওইশিং অসিগী লাইনীংলোনগী য়ুম্ফমদি থব্বাই হায়বসিদি শিবা নৈতে হায়বসিদা থাজবনি। মখোয়না থব্বাইদা থাজবগী য়ুম্ফমসিদি পৃথিবীদা অশিংবা-মী (Homo sapiens) থোক্লকপা মতমদগী হৌখ্রবনি (Korovkin, 1985, 20)। মখোয়না থব্বাইদা থাজবসিদগী হেন্দোক্তুনা মীওইবনা তৌবা ঙমদবা থবকশিং পাংথোকপা ঙম্বা, প্রকৃতিগী উপদ্রপশিংবু তোকহনবা ঙম্বা, মশক উদবা মপাঙ্গল, মতীক খরদসু থাজবসি থমই। মখোয়গী মশাগী অশোনবা, অকিবশিংবু ঙাক্লবা পাম্বেসি মখোয়না খক থাদোক্তনা থমই। মখোয়গী অশোনবা অমসুং মহৌশাগী মচৎ-মওং খঙদ্রবা মতৌশিংবু কিবা অসিগী মরমদা পৃথিবীগী ওইনা চৎনরিবা ব্বারোলদি [৮৭]

Primitive man's weakness and fear of nature -

Although intelligent human beings largely differed from earliest men yet they were also helpless against destructive natural elements: lightning, floods, and dangerous illness. Member of one backward people told a scientist, "We fear bad weather against which we struggle to obtain food. We fear proverty and hunger in cold huts. We fear illnesses we see every day. We fear the dead and souls of animals we hunt and kill. We fear everything we din't know".

The earliest man sought only to flee and hide from the terrifying natural elements. Intelligent human beings also tried to explain them. অসিনি। হায়রিবশিং অসি মনিপুরগী মেগালিথিক্কী মচৎ-মনাৎ চৎলিবা মীওইশিং অসিদসু তৌরিবনি।

## (৩) শেন্বা-থুম্বারোম্দা মেগালিথিক্কী মী

মনিপুরগী মেগালিথিক্কী মীওইশিং অসি শা-ঙা চাবা অমসুং মনা-মশিং চাবা হায়বা চাবগী মরম অনিমকসি হৈনরবা মীওইশিংনি। অদুগা মখোয়না খা-নোংপোক

## মনিপুরগী নুঙগী চক্তা নৈরম্বা মীশিং

এসিয়াগী নিওলিথিক্কী মীওইশিংগী লৈফম হোংদোক-হোংজিন তৌবগী খোঙচত্তা য়াওদুনা খা-নোংপোক এশিয়াগী লমদম খর কোয়রকপদা খা ইথং থংবা সমুদ্রগী ঈয়ায়গী লম (Malayan Archipelago) য়ৌরকপা অমসুং নোংপোক্লোমগী সমুদ্র (Compuchean sea:South China sea) য়ৌরকপানা[৮৮] মখোয়দা সমুদ্রগী চিঞ্জাক চাব (Marine food-habit)সু হৈনরক্লবনি। অদুবু ৱাফম অমদি মখোয়দি অথোংবা চারম্লগদ্রা নত্রগা অহিংবা চারমখিগদ্রা হায়বা ৱাহংসিমা লৈরি হায়বসিনি। নিওলিথিক্কী মী ফুরুপশিং অয়াম্বদি ফুশা-ৱানশারকদগী অথোংবা চিঞ্জাক চানরবনি। অদুবু ফুশা-ৱানশাবগী শীন্থাসিদা কয়া পায়খত্তবা, চুম্নগী পুক্লিং-লৌশিং ওইবগী মওংদা লৈবসিদা ৱাফমসি পঞ্জরম্বনি। তৌবগীদি উতোংচাক চাবসি হৌজিক্কী মমাঙগী মতম খরদা চৎনরম্বা উহৌনরিবনি। হায়রিবা মতম তাংকক্ অসিদা খোময়ু/য়ুখোম শীজিন্নবা হৌরম্লগনি হায়বগী থাজবা লৈতে।

মনিপুরগী মেগালিথিক্কী মীওইশিং অসিগী লন-থুমগী পুকঁকৈ-লনঁগে হায়নববু মহৌশা লাইরেম্বীগী চীঙ-তুরেল, লম্লক-লমহাঙ্ অমসুং উমং-ৱামং অসিশিংসিনি। মখোয়গী পামলৌ-ঈংখোল, শাফম-শাকোনশিংনা মখোয়দা মতীক চাবা চিঞ্জাক পীবা ঙমদ্রিবনা অয়াম্বা মতমদা মহৌশা লাইরেম্বীগী মচানিনা মহৌশাদা তাংলম্মী।

মখোয়না উমং-ৱামংদগী মচাক লৌদুনা ময়ুম-মঁকৈ শারম্মী, ময়ুমগী শীজিন্নবদা চঙবা পোৎলমশিং, থুম্মোক-তাইরুক, মৈ থানবা শীঙ অসিনচিংবা লৌরম্মী। মখোয়না চীঙগী উমংশিংদগী সী-ৱাদগী ম-শিং লৌদুনা থৌরী, মরী-মরাংনচিংবা শেম্লম্মী। মখোয়গী খুন্নাই মনুংগী অপুনবা লন-থুমগী মপু, পুন্না ওইমিন্নরিদি হায়ববু মাগী মাগী শাঁগেগী খুন্নাইনা য়েম্থোক্লখিবা লমঁখেদা থবক পায়খৎনরকখি। খুনগী অপুনবা উয়োক-উকোন লিংনরক্লবসু মহৌশাগী ওইবা উমংদদি মী পুম্নমক্কী হক চপ মান্নরমগদবা মাল্লি। মখোয়গী পোৎকা পোৎকা ওন্নবনা অপাম্বা পোৎ ফংনবা লম্বী অমসুং পাঁম্বে ওইরক্লম্মী।

মেগালিথিক্কী মীওইশিংসি, মশানা মশাগী মকে শেম্জবগী মতাংসিদা সমুদ্রদা ফংবা থৱাইপানবা ঈশিং-শাশিংগী মকু-কুয়োমশিং শীজিন্নবসি মখোয়না খা-নোংপোক এসিয়াদগী মনিপুরগী লমঁখেদা চঙলকপগী মতমদগী লোয়নরক্লবগুম আর:আর: শিম্রেনা সেক্সপিয়ারগী ৱাঁহৈদগী লৌখত্তুনা পীরি, মদুদি[১০]

# মনিপুরগী নৃগ্ৰগী চক্তা লৈরম্বা মীশিং

...... Shakespear, in the history of Upper Assam writes on the Nagas thus – They recognise a slight resemblance in matters of counting names of domestic implements, in a way, village architecture and their head-hunting propensities to those of the Dyaks; while their love for marine-shells (which they part with but rarely) may seem to point to a bygone home near the sea; though they are far inland residing community" (History of Upper Assam : p.197)

অসিনি। অদুবু সেক্সপীয়ারনা উরিবা নাগাদু ১৯ শুবা খৃষ্টাব্দগী অহিংবা/হিংলিবা নাগানি; ঙসিদগী চহি ২০০ রোমগী মমাঙগী ৱাফম্লি, চহি ২,৭০০ লোমগী মমাঙগী নত্রগা মসিগী মমাঙগী মখোয়না খুনহোংলকপা মতম্গী নাগাদু নত্তে। হায়রিবা মতমসিদা মখোয়না মেহিবুং-মেহিচেং, লীকোন-থরোইনীঙ পুরক্রমদি য়াহি অদুবু থাজবদি ৱাংলি। মরমদি পাৱরি-পুৱারী (History) গী মমাঙগী খুনহোংলকপা মীওইশিংসি অতম্মনা য়ুমহোং-খুনহোংলগে হায়দুনা খুনহোংখিবা অয়াম্বনা য়াওদে, চিঙ্গাক থিবদা নত্রগা শা তানবদা নোংম-নোংমগী খজিক-খজিক চঙশিল্লকুনা হোংলকখিবা ওক্তনি। হায়রিবা মতমশিংসিদদি চিঙ্গাক অমসুং চানবগা মরী লৈনবা পোৎলমশিংনা মরুনি। অদুগা অমনা হায়রিবা মেহিচেং-মেহিবুংনচিংবা অসিদি হৌজিকী ত্রিপুরা অমসুং সিলেট ফাওরগা পাৱারী-পুৱারীগী মতমদা পুশিল্লকপা মাল্লি। মতমসিগী মেগালিথিক্কী মীশিংগী মশাগী লৈতেংদি মহৌশাগী নত্রগা অরায়বা পাম্বৈনা শেম্বা খুৎশেমগী পোৎচাকশিংনা মশাদা য়েকশিন-তৈশিনবা (paiting )অমসুং উহে-উনাগী অকনবা-অথোৎপা পোৎলমশিং চিনবা, লমলককী উচেকশিংগী মতুশিং অমসুং চাখিবা শা-ঙাগী ফজবা মরূ, শরূ-শয়াঙ মচেং-মকায় থেৎপা অসিনা ওইরমগদ্রা হায়না লৌজে। মীওইবগী থায়নদগী চৎনরকপা হায়বিসিদা, চৎনবা হৌরকপগী মতমগী লীপুনগী ঙর্মখেনা পুল্লি অমসুং চৎনবী হায়বসি মফম-মতম অদুদা ফংলম্বা ফংলমদবগী ৱায়েল মখাদা হৌদোক্লে। মহৌশানা পীবা লৈতেং শীজিন্নবসিনা মেগালিথিক্কী মীওইশিং অসিদা লন-থুম লৈবা, লৈতবগী পন খাদ্রি। অদুবু মখোয়গী মরল-মথুমগী ফিবম-ফিরেপ অসি ফুনান-চাঁওগী চাঁওদোন-চাঁওয়াঙগী নিওলিথিক্কী অথেংবা তাংকক্কী মীওইশিংদগীদি য়াম্না তোনথে।

# ৰারোয়শিন

অর্কিওলোজীগী মনিপুরগী নুঙগী চকশিংতগী ওইবা মতমদা ওইরম্বা মনিপুরগী লৈঙাকলোনগী, খুন্নাইলোনগী অমসুং শেনবা-থুম্বারোনগী হৌরকপা অমসুং হৌগৎলকপা থাকশিংগী ফিবম-ফিরেপশিং অসি পৃথিবীগী অতৈ লৈপাকশিংদা তৌবগুম অসুম অসুম ৱাংখৎলকখি। অদুবু পোক্লকপদা ঙাইরিবা নুঙবী-নুঙজাও য়ুংবগী মচৎ-মনাৎ অসিদি অনৌবা নুঙগী চক্কী শরুক অমা ওইবনা অমসুং মচৎ-মনাৎসিগী লীচৎসিনা হিংলিবা মনাৎসি ওইরকপা ফাওবা লাক্লবা হোৎনরকপদা চহি ২৭০০ রোমগী মতম লৌরিমসিনা য়াম্না থাক নেমথনা অমসুং নৌথনা অনৌবা নুঙগী চক্কী মতম অসিবু চিংথবগুম তৌই। মসি, তশেংনমক্তি চিংথবা নত্তে, খুন্নাইগী লীচৎন্নি। অচৌবা খুন্নাই অমগী মনুংদা খুন্নাই মচা অনি লৈমিন্নবা অদুদা অনেম-অৱাং খায়বতনি, মসিদি তাইবং পানবগী ৱায়েলনি। কনানা অফবা ওইরকপা, কনানা ফত্তবা ওইরকখিবা মানা মানা তৌবা থবক্কী মহৈ চাজগদবনি, অহৌবগা অরোয়বগা খক মান্নবা য়াদে। পুম্নমক মীওইবগী শুবা-নোম্বগী মখা পোল্লি।

মথক্তা নৈনখিবশিংসিদগী লৌখৎপা য়াবা, খঙজিনবদা ৱান্নগদবা আর্কিওলোজীগী মনিপুরগী ওইখিবা - থোকখিবা থৌওং-থৌদৌ অমসুং আর্কিওলোজীগী মনিপুরনা ফংখিবা শীঙথানিংঙাই ওইবশিংদি :-

(১) মনিপুরগী খ্বাইদগী ঈহানবা মীদি চান্দেল ডিষ্ট্রিক্কী শোংবু চীঙলৈখুন মী (Songbu Caveman)না ওইরে। মহাক্কী চাওরাকপা মতম্মা ঙসিদগী চহি ২০,০০০ লোমগী মমাঙগী মতমদনি। মহাকসি নিয়েনথ্রোপস (Neanthropus), চাইনাদা অমসুং য়ুরোপ্তা লৈরগা মথংশিংনা সিনানথ্রোপস/চৌকৌটিয়েনমেন/ গিগান্টোপিথেকস(Sinanthropus/Choukoutienman/Gigantopithecus) অমসুং ক্রোমেগনোন (Cro-magnon) হায়না খঙনবশিং অদুগী মুকশন (Hybrid) ওইরম্বা য়াই।

(২)মনিপুরনা অৱাং-নোংপোক ভারতকী লমদমসিংগী মনুংদা লৈরিবা অতৈ ষ্টেটশিংদগী খ্বাইদগী ইহান হান্না শরুগী খুৎশু-খুৎলায়শিংগা

## মনিপুরগী নুঙগী চক্তা লৈরম্বা মীশিং

নুঙগী খুৎশু-খুৎলায়শিংগা য়ানশিন্নদুনা ফংবা ষ্টেটনি। ফংলিবা মফম্না উখ্রূল ডিষ্ট্রিক্কী খংখুই চীঙলৈখুন (Kangkhui Cave)তনি অমসুং মদুগী মতম্না চহি ১৫০০০ রোমগী মমাঙগীনি।

(৩) নোংপোক কৈথেল মানবীগী থৌবাল তুরেনগী মপান্দা কিলোমিটর ৫গী অকোয়বা মনুংদা অরিবা, ময়ায় ওইবা অমসুং অনৌবা, নুঙগী চক অহুম্মক্কী মীশিংনা লৈরম্বগী খুদম ফংই। মসিনা মফমসিদা নুঙগী চক্কী মীওইশিংনা মতম খর-খর কান্ননা ঙসিদগী (চহি ১৩,০০০-১০,০০০, চহি ৬০০০-৫০০০ অমসুং চহি ৩৪৬০+১২০, চাওরাক্না ৩৫০০ রোমগী মমাঙগী মতম) চহি ১৩০০০-৩৫০০ গী মমাঙগী মতম ফাওবদা মখোয়গী মচৎ-মনাৎশিংগা লোয়ননা নৈশিন্দুনা লৈরম্মী।

(৪) নোংপোক কৈথেলমানবীগী মফম ১ (Locality-1)দগী মনিপুরদা খ্বাইদগী ইহান-হান্না শয়োক-শালোয়বা, য়ুমদা লমশাদগী ওইরকপা য়ুমশাশিংগী মচা পোকহনবা অমসুং মী লৈফম মনাক্তা পান্বী থাবা, য়ুমগী ঈংখোল শেম্বা অসিনাচিংবা ঙসিদগী চহি ৫৫০০ রোমগী মমাঙগী মতম অদুব্রাইদা হৌদোকখি। খ্বাইদগী হান্না লোইখিবা শানা হুই অমসুং চীঙাক্কী য়োকখিবা শানা ওক অমদি থাখিবা পাম্বীনা ফৌ ওইরম্বা য়াই।

(৫) মথক্তা হায়খ্রিবা নোংপোক কৈথেনমানবীগী মফম (locality-1) অসিমক্তা অনৌবা নুঙগী চক্কী মতমদা ঙসি চহি ৪৫০০, চহি ৪৪০০, চহি ৪৩০০ অমসুং চহি ৪৫০০গী মমাঙগী মতম অদুব্রাইদা মথংশিংনা মনিপুরদা থুম্মোক তাইরূক শাবা, ঙাফানবা ঈন শাবা, ফিশা-লোনশাবা অমসুং ফুশা-ব্রানশাবা হৌদোকখি। অদুদসু নত্তনা মফমসিদা মীশিংনা ফি শেৎপা, ঈন্না ঙা ফাবা, লীরুং-তেন শীজিন্নবা, য়ুম-কৈ শাবা, শম্বল-খাবা, মৈদা থোংদুনা চাবগী লম্বী ফাংপা অসিনশিংসি হৌদোক্লম্বা য়াই।

(৬) মনিপুরদা চফু য়োংশবীগুম খোঙ অহুম খোঙনাইবা (Tripod ware) শীজিন্নবা ব্রাংঙু নাপচীক্তা ঙসিদগী চহি ৩৪৫০গী মমাঙদা লৈরম্বা থেংনরে।

(৭) মনিপুরদা চুম্নগী চফু ময়েক অমতা থোকহন্দবা/থোকহনবা (লংশুং মমি তাহন্দুনা লৈতেংবা) শীজিন্নরম্বদগী ময়েক মখল মখলগী (Geometric Circular pattern, parallel marks in band & parallel and diagonal

appliques) শীজিন্নবা চাওরাক্লা ঙসিদগী চহি ২৯৫০-২৫০০ রোমগী মমাঙগী মতমগী মনুংদা ফংলে।

(৮) মনিপুরদা অহানবা ওইনা লোং, লোংথ্রাই, কাউ, লূ, পোং অমসুং হি শাবা ঙসিদগী চহি ৩৪৫০ দগী ২৯৫০ রোমগী মমাঙদা ব্রাংঙু নাপচীক্কী মীওইশিংনা শীজিন্নবা হৌদোক্লম্বা য়াই।

(৯) মেগালিথিক কলচরগী নুঙ য়ুংবা য়ুরোপকী ওইনা ঙসিদগী চহি ৫৫০০ রোমগী মমাঙদা হৌখ্রে, খা-ভারত্তা য়ুংলিবা নুঙশিংসি ঙসিদগী চহি ২৩০০-২২০০ রোম শুরে। অদুবু মচৎ-মনাৎসি নোংচুপ, খা অমসুং নোংপোকথংবা এসিয়াগী লমদমশিং; জাভা অমসুং ইন্দোনেসিয়াদসু চৎনৈ। য়ুরোপকীসিগা এসিয়া, জাভা, অমসুং ইন্দোনেসিয়াগীসিগা মরী শম্নহনবা ঙমদ্রি। নোংপোকলোমগীশিংসি করম্বা মতমদা হৌদোকখিবগে অমসুং হৌখিবগে হায়বা খঙবা ঙম্মদ্রি। অদুবু পুম্নমকসি নিওলিথিক্কী অথেংবগী মতম-তাংককতা হৌদোক্লম্বা য়াই। ব্রাফমসি য়ুরোপকী চৎনরিবা ব্রায়েলগী মখাদা হায়বনি।

(১০) মনিপুরদদি মেগালিথিক্কী মনাৎ অসি চাওরাক্লা ঙসিদগী চহি ২৭০০কী মমাঙগী মতমদা হৌদোক্লম্বা য়াই। হায়রিবা মচৎ-মনাৎ অসি হৌজিক ফাওবা হিংলি।

অসিনচিংবনি। অদুগা নুঙগী চকশিংগী মতমসিদদি আর্কিওলোজীগী মনিপুর অসি মমায় নোংপোকলোমদা ওল্লি অমসুং খা-নোংপোক এসিয়াগী শরুক অমা ওই। খা-নোংপোক এসিয়াদা মনাৎ অমা হৌরকপা নত্রগা অতোপ্পা লমদমশিং, খা-থংবা চাইনা, টিবেত, আষ্ট্রেলিয়া, ইন্দোনেসিয়ানচিংবা খা-সমুদ্রগী ঈথৎশিংদগী চঙলক্কুনা চৎনবা হৌরকপশিং অসি মনিপুর য়ৌরকপা মতমদা খরদি থেংথৈ (য়ামদ্রবদা চহি ১০০ দগী ৫০০ ফাওবগী চাংদা ওইবা য়াই। অদুগা য়ৌরক্তুনদি তোক্তবগুম তৌই। খুদম ওইনা, মনিপুরদা চাকনা মরু ওইবা চিঙ্গাক্কী মথেল ওইরিবসিনি - মরমদি মসি খা-নোংপোক এসিয়াগী লমদমসিগী মীওইশিংনা পৃথিবীদা খ্বাইদগী ঈহান হান্না ঙসিদগী চহি ৮০০০ রোগী মমাঙগী মতমদা ফৌ পাম্বী থাবা হৌদোক্নুনা চৎনরকপনা হৌজিক ফাওবদা অহিংবা মচৎ-মনাৎ ওইরি।

মনিপুরগী নুঙগী চকশিং অসিদা খা-এসিয়াগী লমদমশিংগী, মরু ওইনা, ভারতগী করিগুম্বা মচৎ-মনাৎ শীঙথানিংঙাই ওইবা অমতা হৌজিক ফাওবদা

থেংনদ্রি। করিগুম্বা মসি লৈরম্বা তারবদি মদু খা-নোপোক এসিয়াগী লৈহাওনা ফিজুম থারগা মনিপুরদা চঙলকপনি। ৱাফম অসি মীচঙ-মীখায় নাইদনা হায়বনি হায়বসি নুঙগী চকশিংসিগী মখা শমথরক্লিবা নুঙ-কো-নগী চক (Chalcolithic Age or Proto-hostoric Age) অমসুং কো-নগী চকশিং (Metal Ages such as Iron Age, Copper Age, Bronze/Belmetal/Brass Age etc. or Historic Age) না খুদম-চাংদম উৎলি। খুদম অমতং ওইনা, মনিপুরগী পাৱারী-পুৱারীগী চক্কী ময়ায় ওইবা মতম তাংককতা হিন্দু-ব্রাহ্মনগী ফুরুপশিং অয়াম্বনা অমসুং মুস্লীম ফুরুপ খরনা মনিপুরদা যুমহোং-খুনহোংলকখিবসি ভারতবর্ষগী সম্রাটশিংগী মপাঙ্গলগী ঙর্মখৈগী ৱাংমদা লৈবা অমসুং সম্রাজ্যসিগী মচৎ-মনাৎ য়ৌবা ঙমদবা চীঙগী লমদম ওইবসিদা ভারতকী চৎন-লোনচৎকী ৱায়েল-চৈরাক্তগী নাম্থোক্লবা, মশা মশাগী মরাইবক পুদুনা খুঞ্জেন-লাঞ্জেল্লকপা ঙাক্তনি।[১১]

আর্কিওলোজীগী মনিপুরগী নুঙগী চকশিংগী মীওইশিং অসিনা ঙসিগী লৈঙাকলোনগী অমসুং খুন্নাইলোন/লাইনীংলোনগী মনিপুর, অনিসিগী মীওইশিং অসিগী থোং থারিবনি। ঙরাংনা ঙসি পোক্লকপনি, হৌখিবনা হৌজিকসি পোক্লক্লিবনি। অদুনা ঙসিগী মচৎ-মনাৎশিংসি হৌখিবশিংগী মচৎ-মনাৎকী খুদোল য়াওরিবনি। মতমগী চক্রবিহুদা লোৎশিন্দুনা মচৎ-মনাৎ অমবু পুংমুৎ-মুৎহনখিবা, পৃথিবীগী মীয়াম্মা ৱাখন্দগী পুথোক্তুনা লৌনরিবা আটলান্টিক কন্টিনেন্ট, - আটলান্টিক মহাসাগর-মহাসমুদ্রদা লুপখিবগী ৱারোল অদুগুম্বা নত্তে। অসুম্না মচৎ-মনাৎ মুৎখিবদি মী ফুরুপতুগী চাদা-নাওদাগী খোঙ্গুল মুত্রিবর্মখৈদি ওইথোক্তে। অদুবু মুৎলবসু মখোয়গী ৱারী-শীঙবুন অমসুং মপোৎ-মচৈ খঙলবদি থিগৎনরকই অমসুং মখোয়গী মচৎ-মনাৎগী অফংবা পোৎশকশিং অদুনা মখোয়গী মহুৎ শিন্দুনা মশক তাক্লককই। মালেমসিদা লৈরিবা-উরিবা মীওইবা নত্তবা পুম্নমক অসিসু খোঞ্জেন/মখোল থোক্লা নত্রগা থোক্তনা মাগী মাগী পাউদম্নবা মরোল থোকই।

(Kullachandra)
Brahmapur, Thangapat Mapal,
Imphal - 795 001.

## References

1. - Catherine Schwarz, George Davidson, Anne Seaton, Virginia Tebbit: Chambers English Dictionary (New Delhi, 1991): p.69.

2. - J. Coulson, C.T. Carr, Lucy Hutchinson, Dorothy Eagle: Oxford Illustrated Dictionay (Calcutta, 1962):p.35.

3 - মঁহে-মশিং অসি ইন্টরনেসনেলগী ওইবনিনা হেক্স খঙবদা লায়নবা, তাবদা মীতোপশিংনসু হেক্স খঙননবা আর্কিওলোজী হায়না অসুম শীজিন্নজগে।

4 - Pradip Phanjoubam: Manipur, 1995 (Imphal, 1995):p.9.

5 - K.K. Taneja: Calcutta's who's Who in Business (Calcutta, 1994): Section V : p.7.

6 - Sir Geoffrey Evans and Antony Brett-James : Imphal (London, 1965): Ist Inner Page.

7 - K.K. Taneja : Op. cit.: p.7.

8 - Ibid: p.7.

9 - Govt. of Republic of China: New Archaeolocial Finds in China (Peking, 1974): Pp.53-60: Hsia Nai: More Finds Along the Silk Road:. p. 54.

The Silk Road started from Changan, capital of the Western Han Dynasty (206 BC.-AD. 24) and passed through Kansu Corridar and the oases north and south of the Tarim Basin in Sinkiang. It crossed the Pamir, then traversed central and western Asia straight to the east coast of the Mediterranean. Its total length was 7000 km., the logest major trade route in ancient times. West of Pamir one route went through Farghana and Samarkand (now both in the Uzbek Soviet Socialist Republic) to Merv (now in the Turkmen Soviet Republic). Another route passed Balkh in Afghanistan to Merv. From there it continued westward through Hecatompylos, now Damghan in Iran, capital of ancient Perthia and Ecbatan, now Hamadan, to Ctesiphon-Selencia, near the present Baghdad, on the Tigris. Then it ran through Palmyra in Syria to ports on the east coast of the Mediterranean, Antioch in Turkey or Tyre in Lebanon. It was here that the goods were taken by sea to Alexandria in Egypt or tu Italian peninsula.

10- P.Gogoi : The Tai and Tai Kingdoms (Gauhati, 1964) : P.71-72

..... One route led due west from Yung Ch'ang to Ting-Yueh, and thence appoximately by Waing-maw (Li-shui town), Mogaung (An-hsi town) and Tazu Gap to Gauhati (Kamarupa) and Magadha The other went south-west from Yung-Ch'ang to the Pyu capital and so to Gauhati by the Chindwin and Manipur.

11 - Verrier Elwin : Nagaland (Shillong, 1961):P.2.

12 - S.A. Ansari: Some Aspects of the Geography of Manipur (Delhi, 1985): Pp. 15-16

13 - Konung Sanatomba : Kangla Lanbung. Vol.I (Imphal, Feb-1992): P.12.

14 - Kroeber : Anthropology (Calcutta, 1972) : Pp. 86-88

15 - Ibid : P.88.

16 - F. Korovkin: op. cit. : P.12

... the earliest people used stones with sparpened edges. In order to sharpen the edges people split of little pieces from the stone by hitting it with another stone. A stone with sharpened edges is called a hand axe. It can be used to cut a bone, make a culb and sharpen the end of a stick digging the ground.

The hand axe, digging stick and club were man's first implements of labour; with their help people procured food.......It was due to work that man emerged from the animal kingdom more than two million years ago.

17 - Ibid : P.12

People gather fruits and birds' eggs, dug out edible roots and holes where little animals lived by means of sticks and hand axes. Such activities are called gathering; people gathered what nature offered them.

18 - Ibid : P.21.

The women who gathered edible grains made a great discovery.......

19 - o. Kumar Singh: Prehistoric Archeology of Nongpok Keithelmanbi (Imphal): 59

20 - Ibid: P.59

..... the typo-technology of the lithic assemblage is suggestive of hunting based economy.

21 - Ibid: P:58-9.

The Palaeolithic cullure is represented by the pebble choppers, notch, graver, blades and flakes which are found at locality-2 and locality-3............

22 - State Archaeology, Manipur: Archaeology of Manipur (Imphal, 1988): P.4.

23 - Ibid:Pp 4-5

24 - F. Korovkin; op.cit. : P.21.

The women who gathered edible grains made a great discovery: they notice that a new plant grew from the seed women began to bury the seeds in the ground. In this way farming originated from food gathering. It appeared about 10,000 to 9000 years ago.

25 - i) Ibid: P.5

ii) O.Kumar Singh: op cit: Pp. 10-25, 59-61 & 65-67.

26 - Reader's Digest Assn: op. cit. : P.21.

MONGOLOIDS. These live in central Asia and Northern China; the American Indians and Eskimos are the descendants od Mongoloids who crossed the Bering strait. All have flat, broad faces; their apparent 'slit eyes' are due to a fold skin over the upper eyelid, protecting the eyes against snow glare.

27 - Ibid : P.21

AUSTRALOIDS. The Australoid aborigines are descendants of the earliest Caucasoids who arrived from Asia and developed in isolation. Other Australoids include the Ainus of northern Japan and the Veddoids of South India. Their skins vary from brown to nearly black. They have black, frizzy hair, wide noses and thick lips.

28 - F. Korovkin: op. cit. :P 21

Taming the wild animals: Wild dogs wondered round settlements of hunters ate discarded bits of food. Their barking warned people

of the approch of other animal. Hunters tamed dogs. The dog became the first domestic animal-a trusted gaurd and hunter's helper. Dogs discovered animals and chased them.

29 - Minendra Nath Basu: Material Existance of Man (Calcutta, 1967):P.46

The domesticated banded pig as found in the Neolithic lake dwelling switzerland, probably came from the eastern variety. Recent descoveries in Northern India and the remains of bones of the domesticated pigs from the Neolithic sites of China reveal that pig might have first come to the use of man eitrher in India or China.

30 - O. Kumar Singh: op. cit. :P. 60

31 - Reader's Digest Assn.: op. cit. : P.29

32 - Ibid: P. 30

33 - O kumar Singh: op: cit.: Pp. 66-67.

34 - F. Korovkin: op. cit.: P. 21

35 - Ibid : P. 18

36 - Minendra Nath Basu: op. cit. :P. 77

37 - Ibid: P.78

38 - i) State Archeology, Manipur: op. cit.: P.6

ii) O. Kumar Singh ; op. cit.: 67

After a short break in the stratigraphy at Locality-1 the Hoabinhian is succeeded by the corded ware culture.

39 - Ibid: P.68

The cord marked pots might have also used in storing food for the lean seasons, thus the corded ware people might have started a settled way of life, if not they lived in permanent villages. And the settled way of life might led to some form of cultivation of plants.

40 - R.R. Shimray: Life and Culture of the Nagas (New Delhi, 1985): pp

41- F. Korovkin; op cit.: P.22

মখলসিনা পৃথিবীদা খ্বাইদগী ইহান হানবা ঈয়োং মখলনি।

42 - O.Kumar Singh:op. cit.:Pp. 67-68.

43 - F. Korovkin: op. cit.: P. 22

People become very skilled in making things out of stone; about 7000 ago they learned to drill and grind stone.

Having notice that clay hardens in the fire, man began to mould and baked pots and other vessels. People began to make hearths out of clay and stone.

People wove baskets out of twigs and tree bark. This helped them to learn to make nets and wove clothings out of wool and flax.

44 - O. Kumar Singh : op. cit.:P.68

45 - F.Korovkin; op. cit.: O.23

46 - O.K. Singh; Archaeology in Manipur: Napachik: A stone Age site in the Manipur valley(Imphal, 1983); P.5.

47 - Ibid: Pp. 19-20.

48 - F. Korovkin: op. cit.: P.23.

Occasionally wars flared up between the tribes over land convenient for crops or grazing. For the time of the war the men elected a chief, the leader of the warriors.

49 - O.K. Singh: op. cit :P 22

50 - Reader's Digest Assn.: op cit.: P. 30

51 - Ibid : P. 30.

52 - i) P.Goigoi: The Tai & Tai Kingdoms (Gauhati, 1968) P.5

ii) Govt. of China: New Archaeological Finds in China (Peking, 1974):p. 49.

53 - O.K.Singh : op. cit.: 16-20.

54 - Ibid : Pp. 17-20

55 - Catherine schwarz, George Davidson, Anne Seaton, Virginia Tebbit: Chambers English Dictionary (New Delhi, 1990) : 183.

Slip[4], slip,n. a creamy paste of coating and decorating pottery.....

56 - O.K.Singh; op cit.; P. 11

57 - Ibid : P. 7.

58 - Govt. of China ; op. cit.: P. 53

Hsia Nai: More Finds along the Silk Road: China was the first country in the world to raise silk-worms and weave fabrics of silk. More than 3.000 years ago, the people of the late Shang Dynasty were already engage in sericulture. They produced multi-coloured embroideries and beautiful damask like– silks (later refered to as damask) in plain weave with patterns in twill weave. Later on fine silk gauzes and polychromes appeared.

59 - F. Korovkin : op. cit.; P.31

60 - Ibid : P.16

61 - Ibid : Pp. 14-16.

62 - Ibid : P. 16.

With illustration.

63 - Minendra Nath Basu: op. cit.: P.70

(v) Rectangular form with a gable. In Oceania and Indonesia this type is mostly prevelent. The Maoris also use this type-In India among the Chirus of Manipur and the Hos of Chotanagpur this type is found.

64 - Reader's Digest Assn.: op. cit.: P

65 - O.K.Singh : op. cit.: P.15

66 - State Archaeology, Manipur;op. cit.: P.7.

67 - P.Gogoi; op. cit.:P.12, 212-213.

(12) .. The black-skinned inhabitants of Funan (Southern Cambodia).....the name of Hun-tien, who founded the kingdom of Funan in the 1st century A.D.

(213) .. Funan was undoubtly the first great power in South-east Asia in the early centuries of the Christian era.

(212) ..The pre-Khmer kingdom of Funan (or Biunam) which was confined originally to Cambodia and Cochin China developed into an extensive matitime empire in the third century A.D. stretching from the Bay of Bengal in the west to Champa in the east.

68 - O.Kumar Singh ; Report : Phunan Exploration(M.S. 1991) ; p.8.

69 - State Archaeology, Manipur: op. cit.; P.7.

70 - Ibid : p.6.

Neolithic culture is fairly wide spread both in the hills and plain. A large number of Neolithic ground and polished tools have been recovered from different parts of the state. Most of the stone artifacts are accidental digging....

71 - F.Korovkin: op. cit.; P. 16.

72 - Ibid ; P;14.

About 100 000 years ago it grew abruptly colder... People survived the harsh conditions of the glacial epoch... Over the course of millions of years people learned to flake stones into pieces to make spears, knives, scrapers, and pins.

Breaking bones to eat the marrow people noticed the sharp splinters resulted. People began to make awls and needles and cut harpoons-jagged spear tips which struck in animal bodies-out of bones and horns.....

73 - State Archaeology, Manipur: cit.: P.7

74 - Ibid :P.7.

75 - Reader's Digest Assn: op cit.: P.302.

Scribes gradually introduced symbols called ideographs, Which represented more that the object drawn. A circle might mean not only the sun but light or warmth as well or a sun-god or even a day

76 - i) Sekta Excavation findings.

ii) Laimanai Langmeidong excavation findings.

iii) and others in custody of state Archaeology Manipur.

77 - Govt. of Republic of China: op. cit.: P.53-54.

... According to a Roman writer, Chinese silks sold in the city of Rome for their weight in gold. Of China a third-century Roman monk wrote, "The Seres make precious figured garments bright like flowers and fine as a spider's web" The Chines were called the Seres-the silk people and later the trans-Asia route for the silk trade become known as the Road of the seres, the silk Road.

78 - Reader's Digest Assn.: op. cit.: P.34.

79 - Kroeber : op cit.: P.698.

Both menhirs and dolmens occur elsewhere, especially in western, southern and eastern Asia and again nearly always within easy travel of the sea; but connection of these megalithic with the Atlantic European ones is more doubtful.

80 - S.Setter, Gunther D.Sontheimer: Memorial stone (New Delhi, 1982): P.48.

81 - Ibid : P.48

82 - Kroeber :op. cit.; Pp.:697-698.

83 - State Archaeology, Manipur: op. cit.: P.10.

84 - Shri Neli Mao (45), Sub-Registar, Coop, Societies, Manipur (Registar, Coop, Deptt, Manipur, Lamphelpat, Imphal) Don Bosco Northern Tribal Colony, Imphal.

85 - F. Korovkin ; op. cit.: P.23.

86 - Ibid ;P. 13.

87 - Ibid : P.19.

88 - R.R Shimray : op. cit.: P.15

To summarise, these races which followed the southward movements according to Keans distributed themselves 'Some to the Achipelago and thence to the Pacific" some still further south to Malaysia and Indonesia and some back to mainland pushing north westward and perhaps gradually following the Irrawaddy River and the Chindwin River, they reached the mainland of Burma. From history we have seen that migration wave follows the river courses.

89 - Ibid: P.15

90 - Ibid: P.15

91- ১) ইবোচৌবা, চিত্রেশ্বর, কুলচন্দ্র: মৈতৈ বামোন হৌরকফম (ইম্ফাল, ১৯৯৫):লা:২৯,৪১, অসিনচিংবা।

২. কুলচন্দ্র, বড়রুদ্দিন: মৈতৈ পাঙন হৌরকফম (ই[illegible]৯৯১):লা:[illegible]

---

